১৯৯২-৯৩ দা আকাশবানী লীলা তান্নবদা নোক্লিং লীলা পরীংদা
বেষ্ট প্রাইজ ফংগ্রবা

# বন্দ কৈথেল

এলাংবম দীনমণি

শ্রীমতী এলাংবম ইবেহায়বী দেবীনা
অম্বিকা প্রেস, খোয়াথোংদা কোপী ৫০০ দং
নম্মগা অহানবা ওইনা ১৯৯৫ দা ফোঙবা।

খোঙ্জেল লীলা অসি অপাবা সমাজগীদমক্তা লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপদা আকাশ-বানীনা য়াবিরকই।

মমল : লুপা—তরামঙা

[ BUND KEITHEL—a radio play by Elangbam Dinamani ; printed 500 copies at Ambika Press, Khoyathong, Imphal; published by Smt. E. Ibehaibi Devi 1995, ( 1st Edition ) with permission from AKASHVANI ; Price Rs. 15 ]

## অইবগী ৱাখল

নিঙাই তৌবা কান্নদবা নত্তে; অঙাং ওইরিঙৈগী পুন্সি খুদিংমকনা সাখীনি। ঙমোক ঋংনৈ। বন্দ তৌবা নিঙাইগী ফৱবা পাম্বৈ অমা ওইরি। চক অসিনা উৎলিবা ৱানি।

অফবা খূৎলাই থাবা লুই। মখল খুদিংমক্কী বন্দ মফম মতাং চানা শীঞ্জিন্নৱবদি লমথুং তানবগী লম্বেল অমা শোয়দনা ওইনৈ। অতুগা ময়েক শেংখিদবা তারগদি ময়াক ইচম চমখিবা শোয়রোই। চম্মগদা লোইরোই নোংমগী চৱা তাল্লিবা মীচম প্রজাদা চৈনা-চৈথেং পীবা ওইনা থোকপা য়াই।

খোঞ্জেল লীলানি (রেডিও-প্লে) হায়বা শান্নদনা হোৎনজবনি। তরামনা তৌবিরকপা অমদি লাইরিক ওইনা ফোঙগে হায়জক্লবদা য়াবিরকপা আকাশবানীবু কাউজদে।

বন্দ কৌগদৌৱিবশিংদা শিন্নজন্নি।

ইম্ফাল

১৯৯৫ এলাংবম দীনমণি

## য়াওরিবা খোঞ্জেল

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| নুপা :— | লালা— | চহী | ৫৫ | মুক |
| | কৈরেন | ,, | ২৫ | |
| | জোন | ,, | ২৫ | |
| | অথোবা | ,, | ২৫ | |
| | সিপাই | ,, | ৪০ | |
| | চৌকিদার | ,, | ৬০ | |
| | ঙমথঙ | ,, | ৪০ | |
| | ওফিসার | ,, | ৫৫ | |
| | সম্পাদক | ,, | ৫০ | |

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| নুপী :— | রাধা | চহী | ৫০ | মুক |
| | থরো | ,, | ৭০ | |
| | মীরা | ,, | ৩০ | |
| | ফিশাবী | ,, | ৫০ | |

## অহৌবগী যন্ত্র

( রাধা ঈশৈ হাইরপ-হাইরপ ঙংদুনা লৈবা। মপান্দা ক্লুটর লাক্লগা খামখিবগী মখোল। )

রাধা —( মথন্তা ) ফরেদা মতাং চানা লাকএদা।

লালা—( চঙলকপগী খোঙথাং মখোল ) অস, কৈনো রাধে নুংথিল পোবোপ অসিদা মৈ মথে লোইনা থাল্লদনা লৈজবী থাদনা কেথরিসিবু কদোম পাঙবিদৌরি' জাংনো? নুংশা থীরেদা।

রাধা —নহানথে লাক্লুগা ঙসিদা শোয়রব্রা কৈনো লাকপত্থুদা থান্দুম থান্দোকে হায়দনা থাল্লিবা।

লালা—অদু হোরেল নুংদাং থাননিদনা। ঙাল্লিঙৈদা থান্দোকপদি চুপ্রদো।

রাধা —নুংদাংদবু মৈ লাকই হায়ব্রো। ঙসিনা মায়ৈগী মম্বা- পালী, হয়েংনা লাক্লুবা, ঙরাংনা য়াদবা, হংচিংনা করিনো পোকথায়বগী, মরৌনা ওয়ার পুম্নগী —অদুম লাক্লুবসিবু। ঙসিদু করি নীংশিংঙকঅনো খঙদে ঙসাই নুমাংমুংবে অঙুরাইদৈনি লাকইবা। নহাল্ল কৈনো তম্লনদা গ্রহন তৌদৌনা লাকঅম্মগা চংখিবগী অদুদা সুইচ মুথংলম- দ্রমাল্লে ঐনা ঈরুজরু' হল্লকপদা জগৎ পুম্নমক পুমলং লং' লৈরম্মে। অদুম মুথল্লবা।

লালা—ও, ঐখোয়' রাখিকাগীসি মচিংনিনে ?

রাধা —মান্নি মচিংনা মুথংত্রিবনি।

লালা—ফৈ-ফৈ নঙনা মচিংনা মুৎথংত্তবা অত্থগা ঐনা খাজনাদা মুৎপাইত্থনি। অত্থ, হৌজিকপু শম-নাঠ কাংমুক নাম্না হাৎলদনা চন্দোল-ও চরা-ও লংত্রিক লংঙদনা তৌবিরি-সিনা কমদৌরিবা ?

রাধা —ইহে! মৈগী রারীদা কাউথোকউরে; ফি হোংদোকপি-ত্রিবৈদা কৈথেল মচিনফাওদা থিনবিরম্মু; গাড়ী ইনশি-নবিড্রিবা নত্রো ?

লালা—কদায়' চত্তোইবা ?

রাধা —ঐ-মা কৈনোনে; বন্দ-কৈথেল লৈরিসিদি।

লালা—কৈদৌবা; করি হায়বা—বন্দ-কৈথেল ?

রাধা —বন্দ-কৈথেল।

লালা—অস! কৈনো অত্থদি রাধা ?

রাধা —কৈনোইসিবু কৈনো বন্দ-কৈথেল; বন্দ-কৈথেল কাবা।

লালা—এ, কৈনো চান্নমা হেক্তা লৈদৌনা হায়রেনা!

রাধা —লৈবাইবু কৈনো কাদৌরিসিনি মচীনফাওদা থরা থিন-বিরম্মু হায়রিসিনি।

লালা—বন্দ কৈথেল সে ?

রাধা—বন্দ কৈথেল।

লালা—(ঙাইহাক তুমিন লৈরগা) অস ভাব তাদে। চহী অসি হুমক্ষ রোমদা লৈথেক্তনা হাইগৎলকঅবনি; তাদে, তাখিড্রিবো—বন্দ কৈথেল; তাত্রি।

রাধা —ওস্লোকপানদকো ! মাই বাবানা পেন্‌শিন ফংনীংচীং য়োঁদৌখৈ কারকইবা ওফিস অসিনু কদোমদা কারকইনো। লুভীগী চাকশুন চাদনা হোবে-হোবে অসুক কুইনা চেল্লকইসিবু, নত্তে ওফিসরোমদা লৈশিন্দদনা মমায়থু ফৈনা ককথ্রজাংলনে ? হন্দক মরকসি ক্বাগাসি মনম লুংশি-লুংশিবা চারকইকো ! ভাবসে—।

লালা—নঙগী ক্বাথু লায়রিনে ; বন্দ কৈথেনথুনিনে ঐনা ভাব অমা তাদ্রিবসে। মথুথুম অমুক্তা—।

রাধা —হায়বিম্ ... গুয়াহে হায়থুনি। মহোয় বাবাবু চৈরাও কৈথেল ... দ্রিবো ?

লালা—তারে অমুক্তা নত্তে য়াঙ্খে মরী-মঙারক তারে। হন্দক্কী এপ্রিলসিদা য়াঙ্খে তরুক সুবনি থেংনদৌরিবসি। অ, অথু কৈদৌবা ?

রাধা —হয়েং চৈরাওবনি হায়বথুদা কৈথেল কানৈদনা— ?

লালা—কানৈ। হোম্বনৈ। চহী থরসিদদি চৈরাও-কৈথেনসি অনী-অনীরক কানরককুম তৌবসু থেংনরকইবনি। তৌ-তৈদে হায়নদনা খাম্বগী তৌবনি ঐদি অনীমক অথুম লাওথোকঅগা কুম অমদা চহীসি অনী-অনী হাপচিল্ল-সিরা হায়না তৌবনি। অনী-অনীগী যুগ অসিদা কুইনা হিংদনা চিংথেকখিদৌ শরুক পুন্সি অসি ঙল্লপ্না লাই-খৌথোকঅসিত্রা হায়দনা খল্লেবো রাধে।

রাধা —অনী-অনীগী হিসাবতো অহুম চৎথবিয়ু কায়দে, চক অসিগী শৈশকনি। অহুগনে অনীগী মতাংদনে অমদি য়াদেকো, হায়বিরিসিনি। পেনশন ঙকয়াগী ওফিসলোয়-শঙশিংসে হূ থানবা য়াওনরেকো। ইচানুপা ভাক্তা শামু-শামুমুক চাউবা মতুম মতুম লৈকো!

লালা—নঙগীসি রারনিং হায়ত্নুনিনে রাধা?

রাধা —রারনিংদ নত্তে কোশনস্নুনি।

লালা—ও, নঙগীসি শরূগী কাচি কারোংদা থম্বা লুকংদা দেনজর কাইনা থাবত্নুনিনে?

রাধা —মানি; দেনজর রোল্ট লাখ মাপল হায়বগুজাংনি।

লালা—অস য়াম্মিদৈ! ওখাক য়াম্মেনে। অঁ, অহু কৈদৌবা? নোংমা রাংলিডৈদা চৈরাও কৈথেন কানৈ; অদৈ কৈদৌবা?

রাধা —ভাব অসি চান্নবা হেক্তা মতাদ্রেনে। ওস্থোকপা পেং হায়ত্নুনি! (ভাব তানা তাকপগী মওংদা) হয়েং অয়ুক পুং তরূক অসিদৈ লৈবাক্কী বন্দ অমা লৈরিবসিদি তারিদনা?

লালা—তারি, পুং নিফুগা নিপানগী। এ, ঐখোয়গী লোয়শঙদদি ঙসি অহিং নোংঙাল্লমদায়দা লাক্করনি হায়দনা শেম-শানহৌরে। মী কুন-কুম্ত্রাগী অহিং অনী লেক্লবা, চান-থক্লবা ইমায়, পূমলাঙ লাঙহৌরে।

রাধা —তো, অহুমাইনা ঐখোয়স্থু বন্দ মনাইরোইদ্রো।

লালা—সেলেব্রেশনগী রানিনে; তৌদবা য়ারিব্রদো, মী লৈবাক্কীবো

রাধা —অদুগী কৈথেল অসি ঙসি কারিবা।

লালা—ই-হে ! বন্দগী কৈথেল ?

রাধা —বন্দ কৈথেল। ইমাই চীরু-চায়ন ঙম্নরোইদৌরিবনি। কোবী ফুলদু চম্প্রামুক চাউবমদা লুপা তরা-তরামঙা হায়রমদৌরিবনি। হন্নাইমতোন অনৌবা থোকয়েন' তৌরিদু লুপা অনীগী মথাদু তুলসীপত্রনা হেন্না য়ামগনি।

লালা—আই : হন্নাইমতোন থোকঅব্রো হৌজিকপো ?

রাধা - হে-রা, 'স্নক কুইরবো। অঙনবগী হন্নাইথ্রাক ফাও' য়োনবা হৌনরবদা। তাঙমনবদুদা মুংশিদদনা লৈরক্কবা।

লালা—হোযনে থরাক অনৌবগী উতি অশংবদু হাউবনিনে। লৈদুম লৈরকউ, বন্দ মনুংসি উতি ফুধসি ; তুম্বা মুংঙাইনি।

রাধা —ফংঙদি লৈরক্কে। কৈথেল মচীন অদুরাই ফাওদা থিনবিয়ু।

লালা— ( ভাব তাবগী মওংদা ) ও, বন্দ কৈথেলগী ওইরে। কুইনবু পুন্সিরবদি মওং মওংসি অদুম থেংনবা জাৎ ওইরে। কৈ ! থিনগে। ঙক্সু ঙকঅমগে নচানুপা য়াইমদুগা। হোনথরকউ। ভাব অমা তানা মনাইবাইদু ঙাইরে হন্দক্কী বন্দ অসি। লাকও থিল্লগে। মৈদু মুথৎলম্মু।

রাধা — মুথক্লস্সু কৈদৌগে মাস্থ বন্দ অদুম য়াওগ্রনৌসিরো।

লালা - হন্দক্কীসিদা মৈ, ঈশিংগুম্বা, মুংশিৎকুম্বা, উ-রা নাপী-শিংবী পুঙ-ঝাননচিংবদি য়াওরোই হায়দায়নে। পাউগী চেফোংদা য়াওখিবৈ রানি।

রাধা —পাউগী রাবু। য়াওই হায়দনা মথংদা অমুক য়াওরকঅগা অদুম লোইরে। থোকইবগা পাউগা উচন ইহিক হিক-তোক্লবদুবু ; মথাদরা মথক্তরা ভাকপিগনি হায়বা রাহৈ অমা ময়েক লা-রপ নপ্পগা লোইরে। অদুম য়াবদুবু!

লালা—ও, রাধা নঙ ভাব য়াম্না তা-না উরে, মী ওইরনি।

রাধা —মীরা লাইরা চৎলসি লাকও। ঐ থাউজ্জাউ অমত্তংগা পায়শেম্মকখিগে।

লালা—পায়থোরকও ঐ মৈ মুথৎলমখিগে। (সুইচ ওফ তৌবগী মখোল)

## মরক্কী যন্ত্র

(কৈথেলগী মীনীল—কার, রিক্সা, একাগাড়ীনচিংবগী মখোল। মীনিনদু তপ্না ঈংথরকপা।)

থরো —(লাক্লগা) ইবেম্মা থোৈরাণী, তলদু অমত্তা পীরকউ ইচেদা। মাইরেন সাকসু তৌবা নত্রা খিত্তং য়াম্না হাপ্পকউ ইচেদা হাউজদ্রে ইবেম্মগী মাইরেনসে নপ-নপ হেক লাউরদনা। (স্বর হোন্দোক্লনা ফঙ্গা) হরে, হরে ফমদুম ফমদোককে! অস অয়ুক্তগীনি।

রাধা —ঐ-মা, ঐখোয়' ইন্দোন থরো নত্রো?

থরো —আই! ইবেম্মা রাধা, চা থকঅম্মিরা?

রাধা —চা থকঅম্মিবা, ইচেগী চাসে য়াম হাউয়ে।

থরো —হাউবনি শঙ্গোম চিনি নম্মদনা। পোৎলক্কী চা ময়ামসিদা ইবেম্মগীসিনা মমিং ইচৎ চৎপনি। (পোং থম্মবগী মখোল)

রাধা —হোয়নে। ইন্দোন কদায় চৎলুবা, কৈথেল থোরকপরো ?

থরো —( চাবগী মওং ) ঙসাই কাক খোংবদৈনি ইন্দোননা থোরক-ইবসি। হৌজিক্তা চন্না য়াল্লিবসিনি। তীকউবা পোৎ থিত্তুং থাদোকউরগা মহাজোনগী ঙসিগী শেল ইনখৎলুরগা মুংদাং অমুক ক্ষমগে তৌরিবনি। য়ুমদা অমুক চঙডুরদি থোরকপদা থেংগ্রনি হায়দনা তন অনীদং য়োৎলিসিনি।

রাধা —নহানরাইগী লুপা চামা লৌরগা মহুৎ শিংদবীদা নোংমদা মঙা-মঙা ঈনখৎপিহুরা ইন্দোন ?

থরো —মানি ইবেম্মা চনী লৌরগা তরা-তরা ঈনখৎলি।

রাধা —থা অমা নুতিগী পীরিবনিনে কো।

থরো —পীরিবনি, ঐগীদি লেমদ্রগা চাদ্রম্নু য়াই, ইবুংঙো মহাজোন অসিগীদি শোয়-লাকপা য়া'পোৎ নত্তেদা রাধা।

রাধা —য়ামদি য়ামগ্রেদকো ইন্দোন পীরিবসে।

থরো —ইবেম্মা কমদি তৌনি। খুপায়শেল য়াওদ্রবদি পোৎ তীকপদি য়াদবনিনা। ইবেম্মা থৌরাণী মাইরেনতু খজিক্তগা থাধবিরকউ। ঈশিং খজিক্তগা হৈরকখো ইচেদা। ইবেম্মা রাধে কদায়' চৎলুবা, কৈথেল কারকপ্রা ?

রাধা —ইন্দোন। ঙসি নোং-নিনি—। ( ঈশিং হৈবগী মখোল )

থরো —ইবেম্মহোয়দি লাইবক ফৈদকো। শেল য়াম্ন-য়াম্না পুরগা কৈথেল কাবা, অহাও-অহাওবদা থন থন্দুনা লৈবা—।

রাধা —কদায়দৈনোদা ইন্দোন নস্নু মরী অসিনা শেৎকেগা চাগেগা; লাইরিক তম্বদনা মরোল অমা—।

থম্বো —অদু ফনা ওইদুনস্থ ইবুংঙো লালানা থা হেক খুদিংগী লেঙদনা পুশিল্লকইদো, নঙস্থ ঙাইহাক্তা পোথাদে কোক-কা কাক-কা চপ চানা থোকই। নহোয়গীদি নোংমাই-জীং ছুটিস্থ শেল অদুম থোকইবনিদো; তোলোপনিনা চাকশৌবুঙনিদো। ঐখোয়গীদি নোংমত্তং হেক পোথাদুনা লৈথোকউরবা, কৈথেল থোক্তুনা য়োলহৌদ্রবা চরা হেল্লে; মহাজোনগী শেল্লেপ্পা ছুনা হেক্তা মকারে।

রাধা —ইন্দোনগী ইস্থমুপী অমা লৈদাইনে মরম য়াম্মা ওকপী, মাই মমিংদু— ?

থম্বো —মীরা।

রাধা —হোয়নে-হোয়নে মীরা। মাদি মরম য়াম্মা মোকপদায়নে। মশক্ত মশক ফজরিবা।

থম্বো —নহানরাইদি ফিশা-লোনশা তৌদনা মোকঅম্মে। লাইরিক তম্বনি হায়দনা তৌরুরে। মহোয়গী ইস্কুলগী করিনো অমা হায়বা পরীখাদো ঙম্মে। মথা তম্বদি ঙমদ্রে। ইবেম্মা ঈশিং হৈয়ু ইচেদা হাওরে ইনাওগী তলসি।

রাধা —ওকঅব্রো ইন্দোল অমগা চাখো-ও। ঐ লৈজরগে ঙসিগী-সি। ঙসি মঙাই ইমাইচানা রারী শাবা শঙভিবা। উনবুদি অদুম মরক মরক্তা মউম্নবা। অদ শঙনদবদো।

থম্বো —পোৎলক্তদি রারীদু শা-নবা য়াব্রদো। হ! হ! থৌরাণী তল য়ারে। চা ওইনা তৌরগে ইচে।

রাধা —অমগা চাখো-ও ইন্দোন।

থরো —য়ারে রাধে ইন্দোন' য়ারে। ইস্নুগী হঞ্জিল্লকঅম্মনি; চাক থোংনবা তৌরম্মনি।

রাধা —মীরাবু থবক কারব্রো? তোলোপ চারব্রনে?

থরো —কদায়দৈ তোলোপ চাবা থবক তৌগনোদা ইবেম্মা। ফনা কুইরে থবক থিবনি হায়না থিরকইবা। নহোয়' ইতরভিয়ু হায়ব্র কৈনোম্ব য়াওবনি হায়দনা ফনস্থ মচৎলে। তৌদ ভৌরদবোই নীংঙ্গ হায়দোরকপদনা শিং হেক্তা নাম্থোকই। ইবেম্মা থৌরাণী শেনসি কয়া তারবা ইচে-গীসিবো?

রাধা —ইন্দোন য়ারে ঐ পীরগে; য়াবে য়ারে ঐ পীগৌরগে।

থরো —হৌনরিব্রনে ইবেম্মা?

রাধা —এ, হৌনৈ হৌনৈ, য়ারে। করি— মীরাবু— থবক থিবা কৈদৌবা?

থরো —ফংদে ফংদে ইবেম্মা। মথা তমথবস্থ ঙমদে।

রাধা —মানা চৎলিবনা কদায়দা কৈদৌবা?

থরো —খঙদে ইবেম্মা ঙসি মঙা-তরাক্লিমুক ফারব্র কৈনো; নহোয়' ফোতো নম্নবনি হায়ব্র কৈনো উপু মচা মানবা অমা মাগী থাউদা হাপ্নগা পঙচত্তা চৎখি।

রাধা —করি তৌরিবা?

থরো —খঙজদেদা মহোয়গী থরব নম্বগী অচৌদা পাউগী থবক তম্মিব্রনে'য়ে। সোরোক্তা মী থিস্তা পুনবা য়াদে মফি-মরোল হোংলগা হেক্তা হোৎচিনখি। নহানদো ঐখোয়গী

অরাং লৈকাইদা করিনো অমা পোকথায় হায়দনা তৌয়ে। মীনা কিদনা চেম্ফোক্কৈ; মানা চেনশিনখি; খাম-লাকপগা নংপোৎ নত্তে।

রাধা —ও, ভাব তারে। তৌসন্নু কৈ। পৈশাদি ফংব্রা?

থরো —ফংদমল্লেদা। ফংই হায়দেনে। অঙ্গুদি ইবেম্মা ইন্দোন পোৎ খিত্তং য়োল্লুখিগে।

রাধা —ফরে ইন্দোন। নুমীৎপু তাশিল্লকএ। চকরায়রকপা মতমসিদা ঙসিদি মীবু ইতাক তাকশিল্লকুরনিদা। হয়েং অয়ুক অঙনবদগীনিদি হায়ববু ঙসি ঙুংদাংদগী ঙস্তা ঙস্তা হনজিন্নদৌ মাল্লিনে।

থরো —করিগীনিনা ইবেম্মা?

রাধা —ঐ-মা! হয়েংদগী বন্দ লৈরিসিদি।

থরো —(ঙক্না) হোয়নহৈ! ঙসাই গাড়ী মনুংদা ঙাংনগুম তৌইনে। ঐদি ওস্থোকপাইদ্রু ওইরে হরাই মতোন অতাঙবা য়াম্মে-মথৈ তৗকশল্লকইদা! এ, ভাব তাহৌদেদা। নুমীৎ নীনী ওইরমাল্লেনেকো রাধে?

রাধা —নীনীনি।

থরো —এ! ঐদি হরাইমতোনদা ঈশিংসু থারুইদা। য়োনবা নংখিদ্রে তৌরিসিদি। ফরক তাদৌরিদা। মতম চপ চাব-গা নত্তবগা ফনা হোঙনা ফংই হায়দনা তৌ শাবদি ওস্থোকপা! ইবেম্মা ইন্দোল য়েংড়ুখিগে। শেনসু য়াঙ্গোন অমা নমশিল্লুইদা।

রাধা —নংবা যাইদা ইন্দোন য়েংবিরুরো। ঐস্লু লাকচগে নচা-মুপাচু কোংকল্লি ঐস্লু খিত্তা লৌজগে। চংলম্মো ঐ লাক্কে।

থরো —(থোঙ্গইনা ভাদনা) কোবী মনাসিদি থম্বা ময়াবম্নু য়াই; হরাইমতোনগা ফদিগোমগসিদি— ওস্থোকপগী বন্দনিদকো! লাইমম্নু—।

( মরক্কী যন্ত্র )

( পিপা/টিন অহাংবা অমা তারকপগী মখোল ভাবা )

লালা --কনানো? কৈনো?

কৈরেন---ঐনি বাবা।

লালা --নমাগী পোং-চৈসি চাখুম্মাংদা থম্মু' য়াদ্রো কৈরেন, দ্রোইংরুমসিদা নাতৈ চারিব্রো?

কৈরেন -ইমানা মরাইনা লোইশিনজদৌহুবু।

লালা -লোইবুদি লোইশিনজরনি থমদদি থম্মু হায়বনি ইবুংঙো ইপানা হায়বদি।

কৈরেন—ঐ শংফাল্রি; কোন্না থমগে।

লালা -কৈদৌরিগে নঙবো? লাইরিক পারিরো?

কৈরেন—পাদে। বন্দ মচীনদবু কনাগী লাইরিকঅয়ে!

লালা —মীনা বন্দ কৌরগা নঙনা লাইরিক য়াদ্রবা?

কৈরেন—ঐস্নু কৌবা য়াওরিনি ; ঐখোয়না কৌরবনি। থৌবুনি। থবক য়াম্না চিনদৌরি।

লালা —বন্দদবু করিগী চিনদৌরিবা। কৌরে: বন্দ তৌরে, লোইরে। লোইবা কান্দা অদুম লোইজরে। মসিদা করি তৌদনা চিনদৌরিবা।

কৈরেন—বন্দনি হায়বগা তৌদবা য়াওরিবসিনিনে চাকথেকইবসে। অতে মতমদদি হাংনীংগুম হাংনীংদগুম তৌবা দুকানদো বন্দনিবু হায়রদি খজিক্তা ওইরস্নু হাইগতুনা হাংঙে। ময়াম খা-নবা মতমদদি ওফিস কাউ য়াদবা বাবা-হোয়গুম্বা--।

লালা এ! কৈ-রেন, ঐবো?

কৈরেন—হ! বাবাগুম্বা ওফিসতা থবক তৌবা মীওই হায়বৈ রানিদা। বাবাবুদি চটিগুম্বা নোংমাইজাংগুম্বদস্নু কায় হায়দা।

লালা —ইমাই! কনানা হায়রিবা?

কৈরেন—মমিনা ভাংবদা তাগৌবৈ রানি।

লালা —করি হায়না ভাংঙিবা?

কৈরেন—"চুম্না স্নুম পোথাবোই করিবোই, য়েংবোই মথোঙ ওই-বোই ভাইচাক ফম্মুগে হেক মহায়য়ু লৈবাক পুম্নমক্কী ছুটি পমিং অসিদা কনাগী ওফিসনো" হায়দনা শোন-খিনা তাগৌবা। কুইরবা রানিদা।

লালা —অ-অহুদি চুম্নগী চুটিগী রানিদা। অহু নহোয়গী বন্দ-মক্তি নত্তেদনা।

কৈরেন—বাবাবুদি বন্দ মুমিত্তা কাদ্রেনে। অহু বন্দদতা খল্লগা কাবা, অহিং লেকপা য়াওরিনে অহুনিনে ঐখোয়না শাউরিসে। মরম ওকখ্রবা! অতৈ মতমদদি কাদবগী এক্সপ্লেনেশন কোল ভারীদা ফংঙিবা অহুগা বন্দদনা কাদ য়াদে থবক তৎপগী রানি হায়দনা হোবে-হোবে। মসিদনি ঐখোয়না কৈনো থোক-থোক তৌরিসে। হায়াদ বন্দ তৌবদগী কাবা য়াদ্রে হায়দনা কারুদবা অমত্তা ঙসিফাওবদা থবক তৎলে হায়বা তাদ্রি হায়বা। তাব্রনে বাবাবো?

লালা —তাববুদি তাদবা; তারকপম্মু য়ারিবা।

কৈরেন—হয়েংরাই তারকপদি খঙদে অহুগা সেনচুরী অম'নীসিদি থাজদে বাবা।

লালা —শাংনা থাইদা। হন্দক্কী বন্দ অসিবু কনানা কৌবনো?

কৈরেন—ঐখোয় নহারোলনা। বন্দ হেক কৌবমখৈ নহারোল ওইগদবনি। বন্দগা নহারোলগদি থানবা য়াদ্রবনি।

লালা —নহারোলবু ওইরবদি বন্দ কৌনি হায়ব। লৈরম্মোইদা নঙগীসিবো। মরমবু চারবদি কৈথেলম্নগী ইমা-ইবেন-হোয় লৈঙাক-থৌরম পায়রম্বা য়ায়তোং-খমদোংবা অহল্লোন কয়া কয়া ফাওনা কৌবা য়াইদা।

কৈরেন—কৌবু কৌরবদি মহোয়সু নহারোলনি।

লালা —অঁ, ভাব তারে। ওখাক রাংঙে রাখল্লোনহু ইচা ইবুংঙো নেতাজাউনা হায়রিসি নহারোলতনা সমাজসি ওলহনগদবনি হায়বা ওইরম্বাল্লে। অহু হন্দকী বন্দ অসিনা ওলহনগদৌরিবসি করিনো? করি ওম্থোক্লবা তৌরিবনো, ময়ামদি খঙদে ঐদি ভাব তাকাত্রি।

কৈরেন—বাবানা হায়রিসি বন্দ করিগী তৌরিবনো — অসিনি?

লালা —অহুমক্তি। ফগ্রবা পাম্বে শীজিন্নহুনা শোয়দনা ফংলনি হায়দনা হোৎনরিবসি করিনো সিনি বাবানা খঙনীংঙিসি।

কৈরেন- অহুহুদি য়ামগ্রজাৎনি।

লালা - করি-করিনো হায়বনি অহুবো?

কৈরেন - য়ামগ্রজাৎনি লোইনা হায় ঙমপোৎ নত্তে।

লালা -অহু খরদি হায়য়ুদনা ইপাম্থু নহা ওইবা য়াত্র য়েংগে।

কৈরেন—লোয়নদি খঙত্রে—।

লালা —অম'নীনা অহুম য়ানিদা।

কৈরেন—লৈবাক অসিদা জ্বার মখল কয়া শান্নরি—।

লালা —খঙনরবা পোৎনি।

কৈরেন—নিশা অসিমা মখল-মখল।

লালা —অরোৎপা নত্রে।

কৈরেন—শেঙ্গা-থুমজানা লৈবাক অসি য়াদ্রে— চাবগা পীজবগা অমুক্তোইনা লোইরে।

লালা —মানি অচাবম্থু পীজবম্থু অনীমক মরাল লৈবনি। ঙম্মদি অনীমক ফাদোক পীবা চুম্মবনি।

কৈরেন—এ, পেন্দবা য়াম্না লৈগ্র জাৎনি ; লাইবিক তমজগে মিং চনজগে হায়ববু রানোমদ্রদি য়ানদ্রে ; পোৎকী মমল অসিনা রোকেট কাপ্লে—।

লালা —খঙওে অনৌবা অমত্তা নত্রে। হেক তাবদা খোয়দৌ অসি মোরোক শিংলাই নারবা রাফম ঙাক্তনি। অদুদা কৈদোদোবা ?

কৈরেন—অদুগী বন্দ তৌরিবা। বন্দ তৌরগা থিক তৌদোরিবা।

লালা —নত্তে নঙনা হায়রিবা ময়াম অদুগা বন্দগা করি মরি —।

কৈরেন—খঙদে মরি হায়বু বন্দ তৌরে ; তৌরদি কম্প্লিট বন্দ তৌনবা শীনবা তাবা। অদুইনে ঐখোয়না তৌখসে ; তৌনি।

লালা —তৌমু হায়বা নত্তেনে ; তৌসিনে। অদুদা ঐনা হংঙিবদি হংবা নত্তে খঙনীংলিবদি কনানা কনাগী মায়োক্তা বরিগী তৌরিবা— ; কনা কনাদা করি-করি খঙহল্লিবা— ?

রাধা —(লাকপা) কনাগনো শারিবা রারীছুবো ? কৈদৌরগে ?

লালা —কৈরেনগা।

রাধা —কৈরেনদি ঐগী তেরশিং হাপ্পবা টিন অমা পায়রগা খাউ অমা য়াল্লদনা চেনখিবা থোঙ্গান্দা থেংনরম্মী ; ঐদি মহোয়’ বাবানা থাউগা লৌরুচো হায়দনা থাখিবোই নীংই।

লালা —আই ! হৌজিক্তা রারী শারম্বছুবো। মাঙ্গোন্দা লৈত্রো ?

রাধা —মীনা চংথ্রে হায়রমক্তদা। কৈনো স্কুটরগী থাওগা মথুম ইহাং হাংদোক থম্মিসিবো, পাইপসিনা অস্থম থিংজন থম্মিসিনা— ?

লালা —( ঙক্লা ) আই! থাউ খাইদোকঅম্মমানেনহে। কদোম চংখি ?

রাধা —চেনথ্রবনি চেনথ্রবনি! আ—য়ৌথ্রেনি। অঙাংদা মতম চাদনা পাখোন শিবিবাইবু—!

লালা —পাখোন নত্তেনে। রা থোক্রবা তারে কদোম চেনখি। নঙগী টোর্চ লাইটতুদি কদায় থমথ্রে! অস্বায়ফাও থিরুগে; মসিগী অঙাংসিননে, মথোঙ-মরম হেক খঙদনা—

( মরক্কী যন্ত্র )

( লাপ্পপ্পা পেট্রোল বোম অনী পোকখাব্রবগী মখোল। মী লাঙনবা। দুকানগী য়োংকী থোঙ—সটরনচিংবা তহা তহা লোননবগী মখোল। হব্রাগাড়ী কার, রিক্সা তহা তহা থোবগী মখোল। খোঙথাং থুনা থাংলকপা অমগী মখোল )

কৈরেন—হাই কনানো; জোনলা ?

জোন —মানি, ঐনি। কনা কনা লৈরি কৈরেন ?

কৈরেন—মসুংদা লোইনা লৈনরি। লাকখো ইবানি স্বাইদা ফম য়েংসি। ময়াম চেন্নরিসি লাপ্পা য়েংসি লাও।

জোন —হৌজিক্কীহু তাহৌব্রা— অনীরক— ?

কৈরেন—করি তাদনি কঙ্গ্রেচুলেশন ! হেপী বন্দ টু য়ু। (Happy band to you)

জোন —থেঙ্ক্যু ; সেম টু য়ু।

কৈরেন—সকসেস ওইরনি ; মী চেন্নরে।

জোন —হুকান কা লোইনা লোন্নহৌরে। য়েনশাং-নাপী য়োনফম অহুন্নাইদদি কপ্পহৌবা য়াওহৌরে।

কৈরেন—হাই ! মদোমদরো নহোয়না তৌরুরিবো—অহুদি— ।

জোন —নত্তে হৈ ! ঐখোয়বু অঙাওবদৌনা ! মী, আ— অহাংবা ভুরেন মপাল্লোমদনি। রহমনহুদি ফাহৌরেয়ে (নোকপা)

কৈরেন—( পাখৎনা ) কনানা করিগী ?

জোন —ফিজম শেৎপা সিপাই অমনা ফাই'য়েয়ে। মানা পায়রবা মৈখেত্তু তাহৌর' জাৎ ওইরমাল্লে। বন্দুলা অমা পায়রগা থনাহুদা মৈখেৎ য়াওরিব্রা অমুক্তা রায়জগে হায়রুইয়েনে। অহুম পুথ্রে'য়ে। মা অমা বন্দ য়াওদ্রে ; অহুম থমগ্রনি। মরাইবক থীদা।

কৈরেন—ঙসাইগী পেট্রোলহুদি, শীজিন্নদ্রবো ?

জোন —অদো ; নহোয় বাবানা অহুম পুথ্রবনি। নহোয়' বাবা নঙবু থিবা লাকঅম্বনি। নঙ চথোকহৌবা য়াম কৈ। লীচৈ মরু স্নুক চাউবা অমা পায়' লাকঅম্বনি।

কৈরেন—করি করি হায়রম্মী ?

জোন —তা-মৈনোদা করি করিনো য়াম' হংঙম্বনি। তা-মৈনোনা লেকচর শাংনা তৌখিগুম তৌই।

কৈরেন—করি করি হায়না ?

জোন —ঐ খঙহৌদে।

কৈরেন—নঙবু তাহৌবা নত্রো ?

জোন —থোইনা তাহৌদে বম্বুলা অফবা খন্দোকইঙৈদা তারুবা শংদে।

কৈরেন—করিমতা খঙহৌদ্রবা ? ভাব কৈমতা তাহৌদবা ? নঙ অসিস্থু জোন !

জোন —ভাব তাহৌবা অমত্তুংদবু নহোয়গী বাবাহু বুদ্ধি অমা ইমম মমনা চৎখি। অহুগা বাবাগী লীচৈ মরূহুগা হায়রুরবদি হন্দকী বন্দ অসি লোইরকপগী অহুরাইদা নঙ অমা হোস্পিটালদা মিং চল্লবা য়াই। রিশ মু এ হেপ্পী হোষ্ট— !

কৈরেন—ঙাইখোনে নঙগী ফরকতু। রা অমা হংখিগে ঐনা ভাব তাফাত্তবা অমা লৈরিনে।

জোন — কৈনো, ঐনা খঙঙোইদবা ওইরদি ফজনা তাকে খঙঙদি তাকওই। খঙদবা মশেল তারুবনা মুংঙাইবনি। হা ?

কৈরেন—হোয়নে। তাখোনে। ঐখোয়না ভৌরিবা বন্দসে, মসিবু করিগীনো ?

জোন —অস ! ( করেন্ননা ফাক-ফাক নোকপা ) নঙ অসিদি কৈরেন ! অঙকপনিহৈ ! বন্দগী ইর হৌগ্রবা ময়াঙ পায়গদবা পুং খরদমক ঙাইরবা অসিফাওবদা মরম খঙদ্রিবা ? নঙগী-সিদ্দি বামায়ন তাথৈ তারগা থোইবী কনাগী মতৈনো হায়না হংগুমজাংৎনি।

কৈরেন—থোইবী হায়দো নত্তে ; লাইরিকী রা তৌরকম্নু নঙ খঙঙোই। রামায়োনদা থোইবী য়াওবা হৌনদে— শকুন্তলা হায়দৌনি। জিঃ সিঃ তোংব্রানা ইবা ইপিকত্তু খঙইদনা শকুন্তলা। সাহিত্য লৌবা ছাত্রনি হৌরকম্নু কাম্লদে। বন্দগী মরমদুহুম তাকখো মীনা হংঙকঅগা য়াম মুংঙাইতে।

জোন —মদনিনে ঐনা বুহুনি হায়রিসে। ভাঙ্গ নঙনা নত্রনে অনম্বা চে মীয়ামদা য়েনবহুবো। মহুদা য়াওরম্মদৌনি মরমদো।

কৈরেন—ঐদি পাবা শংহৌদবা। করি করি হায়না পীরিবা মরমদো ?

জোন —( থোনা হল্লপ ) পাবুদি ঐস্থু পাহৌত্রবনিনে ভাঙ্গ ; শং-দবনিনে মীতিং মথং মথং চৎলিঙৈদা।

কৈরেন—অস ! নঙগীসিদি— !

জোন —অস নত্তে ঐ হায়গে ঙাইখো. ঐনা খঙবা অমা লৈরে।

কৈরেন—করি ?

জোন —মীত্তিং থরদা ময়াম্না ঙাংনবদা ঐনা মানবা মরম অমা লৈরে।

কৈরেন—হায়রোনে মতমসি থেঙজিল্লকয়েনে, সিফাইনা পিক থল্লকঅনিনে।

জোন —ঐনা স্থম খনবদা, মরমসি—

কৈরেন—( খোন কল্লপ ) খনবৈবু কৈনো ! মরমবু খন' য়াত্রো।

জোন —অশেংবদি খঙদি খঙদনা, খন্দ' য়ারিব্রো ! নঙদি কৈদৌনা হংঙকই । মীনা তাকপিগে তৌরগা তোকচৌ । (শাউবা) হায়রোই ।

কৈরেন—হায়দ্র তোকচৌ ! বন্দ লোইর' ইরাইনা খঙজরকনি । (অরাপ্পদা সাইরেন খোংবা নত্রগা ফায়ার ব্রিগেটকী কাংশি খীংবা গাড়ী লাকপা মখোল তাবা)

জোন —(ফিংলপ) হাই ঙাইখো ! মখোনসে জাৎ অমনি । চঙঙসি লাক—ও । জাৎ-জাৎ তৌরক' য়াই । লাক-ও ।

## (মরক্কী যন্ত্র)

(অয়ুক ওইবগী মওং । লাপ্পা য়েনবা খোংবা ; নক্না উচেক মচা খোংবা)

মীরা—(লাকপা) অবোক সে চা লৈরে । চিনিসু য়াম্মমদ্রে, চপ্প্রাসু মসুং মচা অমত্তা ঙাইরম্মে । ঐনা ঙরাং চিনি খিক্তা লৈরকউ হায়দু লৈরক্রুমাল্লে ।

থরো—কদাইদৈ চিনি লৈবা'য়ে ! পোৎ খিত্তা থাহৌগে তৌবনি নংদে অত্থম মকায়-মকায় তৌনথ্রে । (চিংনরপ) ঐ-পা কদায় চত্তোইনো মীরা নফি-নরোল শেৎলিদুনা ?

মীরা—বন্দগী পাউ খরা লৌরুগে ।

থরো—(চা চিংবা) মী চৎপা য়াদে হায়দাইনে ইবেন্মা ?

মীরা—ঐখোয়দি য়াই ।

থরো—কনাসু চৎনদ কানসিদা ! সুঙনা থায়গা গাড়ী মৈ থায়গা তৌনবসিদা কদায়দা চত্তৌরিনো মীরা নঙবো !

মীরা—থবক্কী চৎলিবনি অবোক। মুংশা থীরুম্মু কৈস্মু তৌরোই। কৈস্মু তৌরক্তনবা চে য়াওরি; চে অমা পায়রি। অসি হেক উৎপদা চৎনীং চৎনীংবা মক্ষমদা চৎপা য়াই; চঙনীংবা মক্ষমদস্মু চঙবা অতুম য়াদৌরিবনি।

থরো—মী খ্বায়না থোক্লদবা মতাংসিদা চত্তৌরিসিবু করি করম্বা থবক্লো? চৎখিন্নুদা কান্নদবদা ইবেম্মা।

মীরা—কান্নদবা নত্তে অবোক য়াম্না ফগ্রবা থবক্তি। চত্তবস্মু য়াদবনি। অদগীনে অবোক থরা লৈরদি পৈশা-মুংশাগাস্মু ফংঙকঅনি। থরা থরা পীরকপা হৌদোরে। থম্না লৈরদি অবোক, ইস্মু-ইবেন মুংঙাইরদৌ'জাৎনি। ঐনা মুংঙাইনা থম্মদৌবা। কৈথেনকা অমত্তা ফমহন্নরোইদৌ' জাৎনি।

থরো—ইবেম্মা ইবোক্তি কৈথেন থোক্রবদি চাক চাবা য়ারোই কম্বদৌনি?

মীরা—অত্থ ওইরগনা কৈথেন্দা থোক-থোক্তনা চারেদনা। ঐনা হায়বদি, কৈথেনদি থোক্কনি। 'সুমাই, কোবী মনা হরাই মতোন য়োনবা নত্তবা, ঙাগুম্বা অহাও অহাওবা পোৎ লৈবগী ওইনা থোকপা। ভাব তাৱবা? ইবানীনা চানবা, হাউনা।

থরো—শেননা কদায়দগী কনানা পীবা?

মীরা—ঐনা। পাউমী মীরানা। নম্মুন্নুপী পাউমী।

থরো—পাউমী হায়দি কনা?

মীরা—অবোক্কা খঙঙরোই। কদাই গিলাসতু চামথোকঅম্মগে। হোরেনদি চিনি লৈরকউ। চিনি নমদবা চাজমসি য়োৎপা রায়! রা ঙাঙবা ঙমদৌ মান্দে। খিত্তুং ওইরস্মু লৈরকউ।

থম্রো—ঙসিগা হয়েংগদি কৈথেন কাহল্লোই হায়ম্বিসিদিনা।

মীরা—চুম্মিনে কাউরুরে। অদুগী পাউ লৌবনি ঐনা চত্তৌম্বিবসে। কোয়না য়েংবা চত্তৌরিবনি। চঙ-চঙদনা য়েংঙুদৌরিবা।

থম্রো—কৈস্সু কান্নদবদা চত্তৌরিবনি মীরা। ক্ষমদনা শারবদি নঙগী ফি অসি নহান্না লোইরদবদা। ফি শানীংদ্রগা হন্নাইমতোনগা ফদিগোমকাসি খরা শন্দোক-খোত্তোক্তনা তৌসি। অদুনা হেন্না কান্ননিদা ইবেন্মা। ইস্সুবু মরম ফনা ওকঅম্বনিদা।

মীরা—শন্দোকউরন্নু অবোক; হংচিংতি শোয়দনা পৎলনি ঈশিংস্নু খরা থারুরে হায়বনিনা। হংচিং অয়ুক্তু পুন্না হুন্দোকঅসি।

থরো—পৎলোইদবা খরদি লৈকাইদা য়োনবা চৎকে খল্লি। নঙনা অমুক চথোকঅবদি—কয়াম কুইদোইনো চাক থাগৎ’ নংগদ্রো?

মীরা—থেঙঙকপা য়াই। অবোক অদুম চাথোকঅম্মো। ঐগীনা থোকপা ত্তৌরকঅগে।

থরো—ঐ-পা চাননা চত্তৌরিব্রনে মীরা?

মীরা—ঐখোয়না চত্রবদি পাউ কনানা পীবিদগে। অবোকপু পাউ তানীংদ্রো?

থরো—করিগী পাউ?

মীরা—ই-হে। বন্দগী।

থরো—তারদনা মী মপান থোক্লদ্রবসিবু করি অমুক তাদৌ ন্নাংলিগে ইবেন্মা?

মীরা—ও-হো ; ঐখোয়' অবোকসিদি। হো অহুম লৈরম্মু ঐ পুরক্কে অহুগা ময়াম্না তানদ্রিবৈদা অবোকতা তম্মগে তারো, অহুগা খঙঙনি। (ফিংলপ) চুম্মে, পাউ অসি অবোক্তগী হাম্না লৌবা হেক্তা হৌরগে। ভাইখো, সে ভাংশিল্লবা কোবী মনা খন্দোকইবদো মনা মঙা-তরাদা পায়থৎলু। অদো। ভাইখো ঐ পোৎ লৌখোকখিগে।

(খাউগী চেন চিংবগী মখোল)

থরো—করিগীনো ?

মীরা—য়ারে সে পায়থৎলু। লেঙগনু। মখাদা অহুম য়েং লৈয়ু।

থরো—করিনোনে মসিনা তৌ-শারিসিবো !

মীরা—সে, নম্মগে সে রান-টু-থ্রি (কেমেরা, ফোটো কাপ্পগী মখোল)

থরো—করিনো মসিনা তৌরিসিবো ! নত্তে মীরা নঙবু নয়ুম-নকৈ লিংদ্রিবৈসিদা পেং অহু—কমদৌনি তৌরিসিদি !

মীরা—হৌজিক্কী অবোক্কী ফোটো অহু হাপ্পগা মখাদা থাদৌ-রিবা—;"কৈথেনগী লুকমায়দা তাবা বন্দগী ফল।" ফজরব্রা ?

থরো—করিবো ?

মীরা—মসিনা মমাঙগী লামায়দা হাপ্পদি হৌনরোই ; হাপসি হায়বা য়াদবম্মু য়াই। মমাঙগী অতৈদি খোম্মুবা তারি। খোমগে।

থরো—(নুংশা থীনা) মী-রা ! নঙবু অসাই নোঙাল্লমদাইদা হৌগৎখিহুবু ইখোল চিথেক্কী মোংশোং ময়াদকা চঙভু লাকউব্রাইমি !

মীরা—( চৎনা-চৎনা ) চঙভুদে চঙভুদে। চাক্লো ঐবু ঙাইরম্মন্নু ঐনা থোকপা চারকঅগে।

থম্রো—কর্মনোনে অঙাং অসিনা—মহোয়' খজিং মাইবীদ্বুবু চথোকঅম্মদ্রা বননিকাইনা চথোকঅমদ্রদি ফনিদা।

( মরক্কী যন্ত্র )

জোন—( হৌরপ কোবা ) হাই, অথৌবা-ও! অদ্বায়দা লেপ্ল‍ু্ন্নু লাউনে মরুমসিদা—সোমদা।

অথৌবা—( লাকপা ) নহোয় স্বায়দা লুম্মিবোরে, ঐনদি কোইথি থিরুরি। বাজার মচীন য়ৌরুরে।

জোন —কৈদৌদা চৎলুরি সিফাই' গারী হৌজিক্তা হাইথখিবনি?

অথৌবা—ঐস্নু থেংনৈ। ঐনা মুং থুম্লিভৈদা থৌথখিবনি।

জোন —করিগী মুঙ; কৈনো নঙ য়াম্লি' থাউহ্নদা য়াওরিদো? মুঙলো?

অথৌবা—এ! মুঙদ নত্তে চেক মচেক নাইবগাস্নু য়াম য়াওরকই ( লৈমাইদা নুঙ হৈদোকপগী মখোল ) তো! য়াম্মদ্রা ওক-অনিনা?

জোন —কৈদৌদৌরিবা' সিদি?

অথৌবা—( ঙরুপ ) নঙনা হেম্না ঙকথ্রেনে জোন! বন্দদা মুঙহুম চেকতুমবু কৈদৌদৌরিনো'য়ে! হ! ঈস্রোন' চাদৌরি-বনিহৈ ঙারী নম্নপ থাকঅগা।

জোন —অহুগুম্বহু তৌরগুমসি শীজিন্নরগুমসি হায়নধ্রহুদি ; বম্বুলা লংবস্ন নহোয়না হেক্তা হৌই।

অথৌবা—ই-হে ! শীজিন্নদ' য়ারিবো। চুম্বা খণ্ডদে লানবা খণ্ডদে বন্দ তৌসি, চংনরগুমসি কানরগুমসি হাংনরম্নুসি হায়রদি হেক মতোকওদনা। করিগী লাকই। থাম্মগা ম্নুংশিং থাদোকপা ভম্বা সাইকলগুম্বা স্কুটরগুম্বদি ঐখোয়না ভম্মে। কারগুম্বা গারী অচৌবহুদি ভম্রদো। ভম-মোইদবশিংদো থৌরকপদা অস্বায়দগী লুম্মগা ক্রুপ-ক্রুপ বুপ, শ্রেং! অহুম হুপ্প্রনি। মহু ফাওবদা লাকঅদি ভরাংগী থাউবোমদো মহু হেক্তা হুৎ! বাও !

জোন —মদনিনে ঐখোয়ব হুই অঙাওবা ফাবদৌনা ফাদৌগী কোইতান তান্নরিসে।

অথৌবা—তান্নর' তান্নজরেদনা। মান্নরু' ভমদবনিনা ইমৈ থেক্কৎ-লগা চেনগনি। ফাপ্রগা ফাপ্রে ফাদ্রগা অমুক ওনশিল্লগা হেক্তা লংগনি ; করি বেরা লৈ। ঐদি নাউরীহুম—

জোন —কৈনো নঙবু অথৌবা ঙসিদি ঈ শাইদা। নহানফাওবদি য়াম্না ঈংনা অহিংদা নম্বো পোরগা চৎপদৌনা ভাঙখিদা—হা হায়জগদবনি ; থেমদনা ভাব তাহনদনা তপ্না ঐখোয়বু শৌগৎহনদৌনি কা'য়না। ঙসিনা হিংসা খাউজাউ অমা য়াল্লদনা তা খৌশাবগী থোঙফমদা লৈররিসিনা নহানগী নঙগী পরীক্ষাহুদা নঙ্গোন্দৈ লাইরিক কয়া শংগ্রে ?

অথৌবা—অদুই' য়া নত্তেদা ; মদুগী কারবারদু তোকএ।

জোন —আই ! নঙ লাইব্রিক পুশিনবা তোকএ ?

অথৌবা—তোকএ। ওজানে'না হৈত্তবনা, লাইব্রিক ফাকঙগা শিনবা য়াবা অমত্তা হংবা হৈত্রমাল্লে। ঐনা থোকপা খরা হেক্তা ইশিল্লম্মে। অদুই নত্তেনে ঐনা ঈ কারিদি।

জোন —করিগীনো অদুদি ?

অথৌবা—য়েংউনে, নঙস্থু শাউরোইদ্র য়েংউ। ঙরাং মুংদাংদো ; মুংদাংবু ওইদ্রিদা, মমথরকপদা ঙাইরিজাংনি নহোয়না য়েল্লু হায়বা চেদু লমলোঙ মরী ফাংবদা লেপ্লগা য়েল্লু' হল্লকপা। ঐখোয় লৈরক হাইজিনবগী অদুদা—

( ফ্লাশ বেক হৌবা )

( গারী অমা জীপ নত্রগা ট্রক, ব্রেক থংফা ফাদুনা খাম্বগী মখোল )

সিপাই—( কন্থা হৈথাননা ) হৈ ! কনানো, কৈদৌরিনো ?

অথৌবা—( ভপ্লপনা ) ঐনি য়ুমদা—

সিপাই—ঐ হায়দি কনানো ! কৈনো নঙ পায়রিদো মুঙলা, হা ?

অথৌবা—কৈস্থু পায়দেনা ঐদি—।

সিপাই—পায়রিদুদি হূরানপোংলা ! কদায়দৈ হূরাল্লুই ?

অথৌবা—এ ! খোনসিদি !

সিপাই—কৈনো খোন হায়দি স্থুক থেঙঙফাও কদায় লৈরুই ? হা ?

অথৌবা—( শাউনা ) হৌজিকপু থেঙঙদি নহোয় নপাদা চংলুই—।

সিফাই—ফাও ফাও থংলু, শাস্থৌ ময়াংলেন্দা !

( মন্নাম চেন্নবা ভান্নবা চৈনা ফুবা খোংপগী মখোল )

( ফ্লাশ বেক লোইবা )

অথৌবা—অমুকতি নময়াংগী স্বায়দা লৌগ্রে। লৈরক মনুংগী উশঙ অমা লৈবত্নদা চেনশিল্লগা মথং মথং অত্নুম ফাওদোক-অগা চেনবগী ফবনি। নত্রদি ভাঈ হৌজিককাদি নহোয় হংবা লাক্করনি।

জোন —অত্নগী থাউ অমা থল্লা পুরিবা?

অথৌবা—পুরিবনি লাক্ত লাকখিসন্নু মচেক নাইবা চেকতুম অসিনা লৌথগে।

জোন —লৌথরুন্নু কান্নরোই! মহোয়না লৌখংখিদনা তোকনি। ভাইখো; আদা নুপী অমা একাগারী তোং' লাকইসে, মসি থংলগা হলহনখিসি, লাউ।

অথৌবা—মথং মথং লান্দনা লাকঅবসিনদি অনা-অয়েককী করিগী ওইরিদ্র হায়বা।

জোন —হংসি লাউ। (হৌরপ) ইচে, হো, ইচে কদোমদনো চংলিসিবো অমুক্তা ভাইবিখো। হোসপিটালদকা চংপরো?

মীরা —(চঙশিল্লকপা) হোস্পিটালদা নত্তে; ইচে প্রেসকী মীনি।

অথৌবা—প্রেস ভসি থিঙম্মনি। থিংঙু হায়গ্রবনি।

জোন —অথৌবা নঙ অমুক্তা ভাইখো। ইচে, রারো' য়াদে মৈগী থবক তৌবনি, ঈশিংগীনি হোস্পিটালদনি হায়দনা চংখিবসি মী ফনা য়াম্মে কৈথেনত্নু বন্দ য়েংবা মীনা পীক থল্লম্মনি। ইচে করম্বা খবরগী ওইরবনো?

মীরা —সে, সে শক্তাক-চে য়াওরি য়েংউসে।

জোন —হোয়নে অদুগুম্বহুনা ভাব তান্নেদনা। (ভাইহাক তুমিন্দ নৈনবা ; চে কাকপগী মখোল)—ইচেগী মিংনা মীরা ?

মীরা —মাম্লি।

অথৌবা—ও। খবরগী মমিং ওইতারে—লৈকং—লৈব্রনে ?

মীরা —লৈকং হায়বা নত্তে ইবুংঙো কংলৈ হায়বনি।

অথৌবা—ও, ও; কংলৈ হায়বা ওইরমাল্লে। ময়েকসি ঐনা মথকলোমদগী মুংনা য়েংথরকপদুদা ভাব অমা তৌরুরে। ইচেহোয়'সিবু খবররা কোমুংলো ?

জোন —হৈ! নঙ অসিমা—! কোমুংবু সম্পাদক লৈব্রো।

মীরা —খবরনি ইবুংঙো, কুইরবা খবরনি।

অথৌবা—অমুক্তা থেংনদনা। স্বায়গী খবরসি পাবু পাদেদা ঐখোয়দি।

জোন —ঐদি থেংনরে।

মীরা —খবরনদি য়াম্মদো। য়াম্বমু কৈ কম্পিটিশন কনবমু কৈ।

অথৌবা—কম্পিটিশনদি ইচে, মনবোই মশীং সার্টিফিকেট তাহৌবা মশীংদা চথনগুম্বা উইদা।

জোন —ইচে 'সি পায়শিনবিবো য়ৌবিরো য়ারে। অদুগা পাউদি থরা ফজনা পীবিয়ুকো নমমু নমহনবিয়ু।

অথৌবা—বন্দগী পাউসে শেংনা ফজনা নম্মু। অশেং অশেংবা তৌরিবা থোকইবা, মী অমত্তা চত্রিবা ওফিস লোইনা লোল্লিবা ময়ামসে হাপিয়ু।

মীরা —ইপ্ৰাশিংদগীসু পাউ য়াম্না লৌগদবা লৈ। হোয়েললা হয়েংলা উন্নবা লাক্কে কদায়রায়দা উন্নবা, ঙাইহাক রারী শাবা য়ানি ইপ্ৰাশিংগা?

জোন —ঐথোয়গী সোম মায়কৈগী ওফিস মচা অমা লৈজে সে এড্রেস অসি পায়বিথো। তাঙ্গা চাবা মতাং অমদা হেক্তা চঙবিরকউ; ঐথোয়গী মী ময়াম অত্থম লৈনগনি। থনাদকাদি তাকপিরুন্নুকো।

মীরা —য়াম নুংঙাইরে। ইচে শোয়দনা চঙককে। য়োরুখিগে।

অথোবা—করি লমদনো ইচে? বমূলা পায়খিগেরা?

জোন —অস! তুম্মিন লৈয়ু ফরে। য়ারে ইচে চৎপিরো। নঙ অসি অথোবা ভাব অমা ইতা তাদে; মীগী—।

অথোবা—তাদদনবু নহোয় নতুং ইল্লিবনি; তারদি য়ুমদা অঙকঁপা থবক তৌ' লৈরোইদ্রো!

জোন —করি?

অথোবা—ইহে!

## মরক্কী যন্ত্র

(একাগারী ষ্টেন থাধদনা ঙাবগী মথোঙ। য়োংকী থোঙ্গান্দা য়োংকূম্বা মচা অমনা খোংহ্না মী কৌবগী মওং)

চৌকিদার—(লাপ্লপ্পদগী) কৈনো ইবেম্মা?

মীরা —খুরাবু স্বায়দা ঙাইহাক্তা—।

চৌকিদার—(নকশিল্লকপা) কৈনো কৈদৌসিগে?

মীরা —মুংশা থীবিন্থ খুরা ঐ খবরগী মীনি। থোঙ্গাল অমুক্তা হাংদোকপিয়ু। খুরাবু লোয়শঙসিগী চৌকিদার—? হায়দি—?

চৌকিদার—মাগ্নি ইবেম্মা, কৈদোগে হায়বা ?

মীরা —খুরাহোয়গী ওফিস অসিবু মী কাহ্নুনা থবক তৌই হায়না তাক্তবা। চঙহ্নুনা অমুক্তা য়েংজগে হায়দনা লাকচবা। ঐগী শক্তাক-চে 'সিদা লৈজরে।

চৌকিদার—কোমেরা অমা য়ানবহ্নুদা অসাইনা মাল্লবনি। অহ্নুদা খুরানা থাজফাংলুদবা।

মীরা —করিগী ?

চৌকিদার—ইবেম্মদি ইবেম্মনিদো ; ঐখোয়না নহানখৈ থেংনবনা মুপা ভাক্তা থেংনবা। অদ থাজরুদবা। রারৌমুকো খুরানা হায়বসে।

মীরা —এ, করিগী ; অচুম্বা হায়ববো। হৌজিক্তি মুপী হায়বা মুপা হায়বা লৈত্রে অহুম মতৌনরে। খুরাহোয়গী লোয়শঙসিদমু মুপী য়াওরিনিনে।

চৌকিদার—য়াম য়াওগ্র' জাৎনি, থায়বোক হেল্লিবনি।

মীরা —অহু ভরাংদগী য়ারেক্তুনা থবক তৌনরিনিনে ?

চৌকিদার—অঁ খরদি নহানগী নোংভাল্লমদায়দগী থিল্লরকই। য়ামদি পঙয়াম যামদে।

মীরা —অহু থোঙসি অমুক্তা—; ঐ হাইরপতা য়েংজরগা— ওফিসারহ্নুগা হাইফেত্তা উম্নরগা রারী—।

চৌকিদার—মহুগী মতাংহুদনি খুরানা থোঙ্গাল হাংবদা লকক তৌরিসে।

মীরা —হ! তৌবিন্নু ঐ কৈস্নু তৌজরোই। মুংশা করিমতা থীবিন্নু; মুপীনি ইথন্তস্নু লাকপনি।

চৌকিদার—হ! হ! অহুই নত্তবা!

মীরা —অহুদি করিনো খুরানা চিংনবিরিবো? চুম্না স্নম পাউ খজিক্কা লৌজনীংহুনা; মসি খুরাবু লনাইগী নত্তে ময়ামগী, বন্দ অসিগী—।

চৌকিদার—মহুনি খুরানা মুংশা থীরিসে।

মীরা —খুরানা হায়রিস্সি ঐ ভাব তাকাজ্রে। ঐনা হায়বদি ঐ অমুক্তা চঙজগে য়েংজগে রারী মতেক অমত্তা তৌজগে হায়বা রানি। মসিদা মুংশা থীবা য়াবা—?

চৌকিদার—ইবেম্মা মসি স্নমদৌবিরো খুরাগা ইপাইচা রারী শারগা অহুম লোইশিল্লসি। ইবেম্মা চঙবিক্রন্নু ঐ থোর-কঅগে অহুদগী উখোং অহুদা ঙাইহাক ফম্মসি, কাল মচা অমা—

মীরা —অহুইদি ফমত্রস্নু য়াইদা খুরা। ঐনা হকথেংননা উম্ননীংবা য়েংনীংবা, রারী শানীংবগী রানি। খুরাহোয়গী ওফিসারহুনা থিংব্রো হান্ননা মঙোন্দগী চে অমা য়াথং অমা লৌসিরো। খুবা ফং অমুক্তং চঙবিক্রবগা। ঐ স্নম লেপচরমগে। কুইদৌ নত্তে।

চৌকিদার—অহু ওইরগনা ঐ শো হাংগে ( য়োংলো-কোংলো মরীদা শো হাংবগী মখোল ) স্বায়গী লৈ মখোঙসিদা ঙাইহাক্তুং পোথারম্মো হেক।

( খঙহৌদনা মী মঙা-তরা লাঙনরকপা, লাউনরকপা তাবা। তহা তহা চেনখিবগী খোঙথাং মখোল। মী খরা মরাঙ মরাঙ অহুম তৌনরি )

ঙমথঙ —( মরোল ফান্নলা, য়ু ঙাঙনা লাউবা ) হা—য় ! হা—য় ! সল্লা ! করিগী চেল্লি ! পাঙদবা মুপীনা ঙম্বা—মপুম শিবা ! নথবাক অহু ফক্‌কেনে ঙাশেম থাঙ অসিনা ! নঙ—গুম্বা ওফিসার মচা অমনা উশিত্তবা য়াব্রো ! য়াব্রো ! য়া—ব্রো ! শোহোর মচা শেঙ্গাবা ! জারদা কৌতা অমফাও চাগে হায়বা ! ঐ খঙডিম্মি ; ঐ—ঙমথঙ ঐনা খোপ্পা খঙডিম্মি ! ইক-ই ! মানস্থ ঐবু ওফিস কায় কাদে কায়না লক্লবা— য়াব্রো ! চেল্লেঞ্জ ! ওপন—চেলেঞ্জ ! থৎলগা ঈখেঙ চুপকেনে ! ঙাক্কক হা—ই ! হা—ই ঙাশেমথাঙসিনা—( মম্নাম মরাঙ-মরাঙবা )

ওফিসার —( তন্দে-মান্দে, লাক্লগা ) কৈনো-কৈনো ঙমথঙ বাবু ?

ঙমথঙ —কৈনোই—বু—কৈনো—! ইহে ! ঐখোয়’ সার ওই-বিরে ! গুড মোরম্নিং সার—সোবী গুড ইভিনিং—।

ওফিসার —( হাকাম চনবা ) কৈনো ময়াম মমাঙসিদা ফজরিব্রো লেঙশিল্লো।

ভমথঙ —অঙাং পেতুরা মানা ওফিসারনিকায়না উশিত্তবা! মাই ওফিসারছুদি – ওফিসারদি ঐদি ; ভমথঙহোয়দি কৈনোগী উফুল ওইনা—হ! ঐখোয় সারহোয়বু নত্তেকো এক্সকুইজ মী—সার ঐনা হায়দি—

ওফিসার —ফরে থঙছে, লেঙশিল্লসি চৎহসি লাবও : কাম্নদে লাকও ; মীৎ-না গাসি ইঙগ ভম্নিংজাংনি ; সে লেঙশিল্লসি।

ভমথঙ —লেঙশিল্লোই মীনায় মচা অসি ককখিনি—ককথৎ-খিদৌরিস্নি।

ওফিসার —কাম্নদে কোম্না অশংবা মুমিং অমদা কক ও ; ভসিদি মুংভাইররোই! মী ময়াম মমাঙদা ওফিস অসিদা ফজদে!

ভমথঙ —সারমু বন্দ মুমিত্তবু কনাগী ওফিসনো—মীয়ামনো পোত্থাবগী পোত্থাবা অতুম তুম্বিক্করো সার ঐ—

ওফিসার —( কল্লপ ) ভমথঙ বাবু! ঐ ওফিস অসিগী—!

ভমথঙ —( ত্তেথনা ) য়েশ সার : সোরী সার এক্‌কুইজ মী সার! সার।

ওফিসার —ফজদে হায়রেদনা! চড়েঙা ময়াম মমুংদা অতুম লৈবিক্করো। মমুংদা অতুম মানা মানা থোকপা অতুম ত্তৌনরে—ঐ করি হায়! য়া-য়া! সিবু ফজরিবা পোৎলো! প্লিজ গেট ইন! গেট ইন ইভ্রিবোদি রিথ ইফেক্ট ফ্রোম—সোরী জষ্ট নাউ!

( ময়াম চঙনখিবা; মুরুম-মুরুম শোম্নবা হাওই। ভাইহাক উন-থাইমুক চীকপা )

চৌকিদার —( ইংনা তপ্পা, করেম্মরগ ) ইবেম্মা লেঙশিল্লসিন্না ঙাই-হাক্তুং ?

মীরা —( শোর শাংনা হোন্দোক্লগা ) অ— । খুরাবু য়াজরে । মরকসিদা ঐনা ভাব তাজদবা অমা লৈরিনে ।

চৌকিদার—তারকখিনি ইবেম্মা তারকখিনি ঙসি হোরেন নোং-ঙাল্লমদাইদা লোইদৌবা ওইরিনিনে বন্দসে ?

মীরা —( পারগা ) অ –ঙরাং—নহানগী—অঁ মান্নি ঙসি অহিং লোইগদবনি ।

চৌকিদার —ঐখোয়গী লোয়শঙগী লীলাসি নহান নুংথিন্দে খর-খরা হৌবনি । ঙরাং অহিংকাদি কুম্মৈ নুংঙাইগ্র-পোংনি । মথক্কী কাঙবু অমদি, লাউনরিবা, লাঙ-নরিবসি তাবিরম্মোই মহোয়দি ।

মীরা — করিগী ?

চৌকিদার—ঙসাই নুমিৎয়ুংবগী অতুরাইফাওদা থা তক্লক-তরেৎকী তোলোপ থাদোকপা মী অহুম সুহৌরে । নঙগুম্বী মৌ নহা অমদি নংহোয়গী করি'য়ে তোরফা হায়ব্রা কৈনোত্থু নহান্দা হন্দোকচরুবনেয়ে নাম্ম বন্ধোপ থম-হৌরে । নাম্মত্থুসু কুইররোই ; বোৎপু ১০০/১০০ নে'য়ে ।

মীরা —( ঙক্লা ) হে-রা নুপীনবো ! নুপীসু— ?

চৌকিদার—মহোয়গীনা লুদোদনি ; ইমাই পেম্মা লুদো অসিদা কৈনো, অহিং নোংশোয়বা ক্রোক-ক্রোক ; সুকতুম হেক তুমদবা ঙম্নেনে । য়াম ফংথিবসু য়াওনহৌরে ।

মীরা —(পোইনা তারুদনা) হৌজিক ফাওবা ঐনা ভাব তাদবা অমা—

চৌকিদার—করিনিনা ইবেম্মা ?

মীরা —হৌজিক মী হাৎকে-তুপকে কক্কে হায়দনা লাউ-রম্বদো—?

চৌকিদার—অ-অসি-সার ওমথঙ; কেরানী মকোকনি। থবককা ফগ্রপোৎনি; মাই হায়বু কাগন্দবা। বন্দ মন্নুংসিদি মাদি নোংনিনি রাৎলিতৈদগী লেকঅসি হায়থ্রবনি, থবক ফরকইবা।

মীরা —মানা হৌজিক ককথৎলনি হায়দনা পায়রকপহৃবু—মানদি ভাশেম-থাওনি হায়দনা তত্তনা লাউথিবা; খুরা ?

চৌকিদার—লাউই।

মীরা —অদ, মানা পায়রকপহুবু থাও মানফাৎথিদবা।

চৌকিদার—মান্দবা নত্তেনে ইবেম্মা, নত্তবনিনে। শুমজীৎনিনে হঙ্গেন শুমজীৎ!

মীরা —করিগীনো অহুবো খুরা ?

চৌকিদার—বননিদনা ইবেম্মা বন; বন হায়বসিদদি ইয়াদা য়াথ্রে। অহু ইবেম্মবু লেওশিনখিদ্রা—?

মীরা —হ! য়াজরে খুরা। ঐ হনথ্রগে।

চৌকিদার—ফোটো-মুংদোকা—?

মীরা —য়ারে খুরা, ঐ য়ৌজথ্রগে—।

চৌকিদার—পাউদি ফজহল্লুকো ইবেম্মা। বনগী পাউদো।

মীরা —পাউদি, খুরা পাউনা—পাউগী য়ানা—খুরা য়ৌজ'রে।

চৌকিদার—য়ৌরো-য়ৌরো। (চৎখিবা) ঐদি শঙহৌখি তারি।

(য়োৎকী থোঙ্গাল লোলহৌবা)

## ( মরক্কী যন্ত্র )

(লাপ্লপ্পা হয়াগারী কন্না কন্না থৌবগী মখোল। মরক্তা বন্দ্রলা অমনী পোকখায়বা তাবা। নকলপ্পা কোন (য়োংথম) শাবগী মখোল তাবা। মখোলসি অসুম অসুম নকশিল্লকপা অমদি হৌরকপা)

মীরা —করিগুম্বমতা হায়জগে। (তাদবা। কল্লপ্পা অমুক) করিনো অমতা—

(ফি শাবগী মখোল খংলেপ লেপ্পা)

ফিশাবী—কৈনো ইবেম্মা ঐবুরা ?

মীরা —মায়ে। ইচে কৌগদ্রা, ইনে কৌগদ্রা কৈনো ঐ—

ফিশাবী—ইচে কৌগেরা ইনে কৌগেরা ইয়া হেক য়াই ; ইনেমদি কৌহু ইচানুপা লৈতে ; লৈত্রে।

মীরা —এ, রা ঙাঙবকা য়াম্না মুংঙাইদোরিনা ইনেদি। লৈ নাচোম অমা চাউনকা চিল্লদনা ওন্থোক্না মোন্দা মুং-ঙাইনা শাবিরিনে কোন অসে। অফায়বা ওইরমাল্লেনে।

ফিশাবী—নাচোমদা নত্তে, ঈশৈসু ঙংঙম্মিনি মখোনসিনা তাত্রবা ওইরিনি। ঈশৈ ময়েক্কী সনজ অমা কৈনো ওল্লখিদনা থিরম্মীনি।

মীরা —হোয়নে মোন্দা য়াম্না মুংঙাইনা।

ফিশাবী—কৈদৌরুনি। ঙসিগী হায়রা চারে হয়েংগীসু খরা অতুম লৈরি; শিদৌ থরায়নি। রাদৌ রারে। রাবু রাগে হায়রবদি হৌজিকসু খোঙ-খুৎ শৎ তিংথোকঅগা তেংথাবা য়ারি। ইহে, লাউ কাখৎলকও সুমাঙদা অতুম লেপ্লিতুবু—। লাউ ফিশাকাল অসিদা ইনেগা ফম্মিন্নসি। লাউ কাখৎলকউ।

(গারী ষ্টেন্দ থাবগী মখোল)

মীরা —ইনেগী থবক কায়রক্র হায়দনা।

ফিশাবী—কৈনোনে ইবেম্মা। অতুমাই খল্লদি করিগী কৌরকই অতুম হনখিবা য়াদ্রো। খিৎ তৌরমুনে ইবেম্মহোয়। খোইহীসি খিং তোকঅসিনে। মনানা শারিঙৈদা মতমহায়খৈ লোইনা মাঙনরে। ঐখোয়না হিংভিবসি-মক মতম মাভিঙবনি। লৈদনবু মাঙভিবনি লৈতবা পোৎপু মাঙভিয়ব্রো।

মীরা —(নোকপা) মতুনা চুম'তামাল্লে।

ফিশাবী—ফম্মু। অ ঁ করি হায়গে? করি তৌগে ইনেবো?

মীরা —কৈ-কৈনো খন্না হংগে তৌবনি ইনেগী রাভানা মুংঙাই-মনথ্রদনা ইকাও কাউথ্রে।

ফিশাবী—নীংশিংঙু নীংশিংঙু। রাচোইদা সুম চৎখিদনা মওং অমা তৌথ্রে। ইবেম্মবু কনানো ঐখোয় লৈকাই স্বায়গী মান্দে অমুক্তসু উদে।

মীরা —স্বায়দৈ নত্তে। থোং রাংমা অসোমদৈদেনি। চুম্ন 'স্নুম ঈরাং-পলাং য়েংবা থোরকপনি।

ফিশাবী—ও, ও মহোয়' বন য়েংবাইদো?

মীরা —মান্নি ইনে অতুমক্নি। মথং মথং স্নুম য়েংবা চৎলুবনি।

ফিশাবী—অ-অঁ, ফৈনে। মন্নুংঙাইবনি। নহানিনা নহোযদি শংঙিদো ইনেহোয়দি চহিননি খঙদে তোয়রকপননি খঙদে য়েংদ্রে, য়েংনীংদ্রে। মুংঙাইবনিদা কুম্মৈদো। এ, কৈনোদা ইবেম্মা—ইবেম্মই মিং করি—?

মীরা —মীরা।

ফিশাবী—মীরা। মীরা ইবেম্মা কৈনো ইনেহোয়স্নু নহোয়দোনা অঙাং ওইরিঙৈদদি বন, অদ্রোন, ক্রফিউ অমত্তা চিথরমম্পোং নত্তে। চাক-কা চাপোং নত্তে। কৈথেল্দা থাউ লৈরুচো হায়দনা চৎলগা য়ুমদকা পীরমপোং নত্তে থাউ লিক্লিনে করিনে অতুম চেনখৎলবনিনে। মুমিদাংরাই হল্লকপদনা ইমানা মনম তৎ লৈরম্মিবা।

মীরা—(ঙকনা) করিগী?

ফিশাবী—বাজিনা থীনধরিবনিনে থীনধরিবা; ঈরাং লৈবা মুমিৎতা অঙাং পাখোন শী হায়দনা।

মীরা—(নোকপা) ও, ও। অবোরুদি ইনেদা কৈস্নু হায়দে; ইনেগী ইমাদো?

ফিশাবী—করি হায়দনি লুচীনগী শম অসি অমত্তা থাকপোৎ নত্তেনে। মরী-মঙানি হিক মাবকা য়াপোৎ নত্তে। লুচীন খরা তাঙজে হায়দুঙাই মতুং অমুক অদ্রোন তৌরকপদা অতুম মচৎলি য়েংউই।

মীরা —নিশাদো?

ফিশাবী—নিশাদো। ঙুংনদি কয়া ঙুংঙাইথ্রে কুম্মৈদো। (মংতৌ তমদুনা লাউবা, ভম্বা) স্তে-হু; পীগদবনি-পীগদবনি। প্রজাগী দাবী আই সোঙা-আই সোভা কাইনা কৈনো ৱাকোক-উকোক মরক্তা চোংশিল্লিবনি। অদগী মহোয় সিফাই মরী-মঙানা অমা তাপ ফারগা, পম্মগা শম্বৈল্লেগী তিংখং মরক্তা শ-র!

মীরা —লংশিল্লিবা?

ফিশাবী—লংশিনবাইবু ইবেম্মা—ইবেম্মগী—?

মীরা —অ— মীরা।

ফিশাবী—মীরা; মীরা ইবেম্মা কৈনো ঙুঙাইথ্রপোৎনি, নহোয়গী হৌজিক্কী সিরিমা দরমাকানা শোকপোৎ নত্তে। তিংখং মরক্তা শব—; অদুবুনহে মীরা নত্তবুনে, কয়া হৈনা তম্মিনো থঙদেনে, মশাদো কৈমতফাও শোক্তবা। ফুক হেক্তা হৌগৎনি; অমুক হেক্তা তোৎশিল্লি। ঐথোযনা কৌবিলা মখোঙদা লেম্লগা য়েংভিবনি। ঙুংঙাইথ্র- পোৎনি। মীৎকা কুপ্নোৎ নত্তে। নৈশাবী ফারপোংনিদা চাউবমু।

মীরা —মুংঙাইরম্‌দৌ মাল্লি। ইনেনা তম্বসিদনা হেন্না মুংঙাইব্রে।

ফিশাবী—হৌজিক্তি মতু য়ৌরম্মরোইদা। য়ৌব্রনে? হৌজিকী-নাইবু গারী অতুক মৈ থারেগা, তুকান কয়ানো কায়রেগা মী কয়া-কয়ানো কৈদৌব্রেগা পঙতা মতায়।

মীরা —হোয়নে। অতু ইনে, নহানরাইগী ইনেহোয়না য়েংঙ্‌বদো, মতুদা তৌরিবা হৌরিবা ঈরাং অতুবু করিগীনি হায়বগে ইনে খঙখি লাকখিব্রো?

ফিশাবী—কনানা খঙজবনো! পঙয়েং ময়েংঙ্‌বৈ রানি।

মীরা —মুংঙাইবগী?

ফিশাবী—নহানিনা য়েংনীংবদো।

মীরা —অতুগা ঙরাং-নহান্দগী তৌরকইবা বন্দ অসে—।

ফিশাবী—হৌজিক লোইদ্রিবসে?

মীরা —লোইদৌরবসে। মসিদি করিগীনি হায়নবগে?

ফিশাবী—মুকখঙ হেক খঙদে।

মীরা —মীনা হায়নবা ঙাংনবফাওবা তাদে?

ফিশাবী—তাবদি খরা মতায়; খঙদবা। হংঙুদৌমু ভাব অতুম তাদবা। মহোয়না তাকলকপতুনা হেন্না খঙঙোইদবা। কান্ন-রা নত্তে'না অতুম তোকএ। ঐখোয় অরাংথংসিদা তাদশিং অমা লৈয়ে, মাইবা খরা-খরা শাবা। মাইবা হায়সিনদি কোয়না চংলিদো; ঙাংনা শানবা অতুম মতাইদো। মানা হায়ববু—।

মীরা —করি হায়রিবা ?

ফিশাবী—ফাগীরা অওইরা খঙদে মানা ঙরাং হায়রম্বু—বন অসি তোয়মল্লে, তৌরম্ব ; বন তৌরম্ব হায়দনা তৌরিবা বননে'য়ে ।

মীরা —অঁ, ইনে মচুনা খরা হেন্না নকশিন্না চুম্বা ওইতাইয়ে।

ফিশাবী—কান্নদে ইবেম্মা বনগী রাবু রা ওইনা খল্লুদনা—। ইনেম্বু ঙাইহাক পোখারে ইমৌ লাকপদগী। কান্নদবদা থেঙগ্রনি করি হায়গে হায়বনো ইমৌ মীরানা লাকপবো ? করি হংগে হায়বনো ? হংগদবা রাচু অচুম নীংশিংবা থোক্তুবো ?

মীরা —নীংশিংঙ্গদ্রস্বু য়ারে ইনে। খঙবা য়াবমথৈদি খঙঙে। ইরোই লোইবদা ঐনা হংনীংঙিবদি—।

ফিশাবী—ইরোই লোইবাইবা ? হৌবু হৌগ্রবনে ?

মীরা —হোয় অহৌবা হায়বস্বু য়ারে।

ফিশাবী—অহৌবস্বু অরোইবস্বু ?

মীরা —অঁ অনীমক য়ারবা।

ফিশাবী—অস। মচুদি ইনেদি ভাব তাদে ।

মীরা —ঐস্বু তাদে। অচুবু মসিমতংদি হংদবা য়াদ্রবা। মথং মথং থেংন-থেংনবা খুনাই পুন্নমক্তা হংলকইবা—

ফিশাবী—অস।

মীরা —হায়বদি বন্দ অসিনা ইনেদা ইনেগী থোৌরমদা করি ফল ভাবগে হায়বা ?

ফিশাবী—করি কৈদৌবা? থুনাই, থৌরম, ফল কগা হায়রিসি কৈনো, ইনেবু ভাব লাম্বা ফংদে করি হায়বনো মীরোনদা অদুম হায়য়ু কৈনো! খযোম লাকপা থৌ ত্তৌবদা শোনবদৌনা শোন্দ্রস্নু। ইনেদি মাইবস্নু শাদে কিথুমস্নু প্পদে।

মীরা —অসিনিদা। ত্তৌরিবা বন অসে অসিনা ইনেদা ইনেনা ত্তৌরিবা থবক্তা করি তোংবা নত্রে'গনা মাঙবা লৈবগে হায়বনিদা।

ফিশাবী—ইহে-হে, অদু ওইরে। অদুমাইনা হেক মহায়য়ু চগোংতা অমুক লামদ্রবস্নু। অদুই রাদিনাইবু মীরা ইনেহোয়দা কৈস্নু তৌদে। মাংস্নু মাঙদে তোংবস্নু লৈতে। বন ত্তৌদ্রে ফম্নগা অদুম মশাই তৌরে অদুম মশারি; কৈস্নু কায়দে। খঙবু খঙদে খঙস্নু খঙনীংদে। ইমৌশিং লাক্তনা হায়ররগা শাররগা পোথানবা ঙাইহাক শাবা হায়দুনি রারী।

মীরা —কাম্নগদবা মাঙগদবস্নু লৈতবা?

ফিশাবী—করি লৈকনি। মহোয়' বননা ইয়োংগী লং থদংলবস্নু লৈতে; পাংন্দেম তাখিবস্নু থুনবিরদৌ লৈতে। অমহানি। বননা নাং শাংদোকহনবস্নু তৌদে তেনশিনবস্নু ঙমদে। অদুগনে ইবেম্মা পোথাবা অমত্তংদি লৈহে।

মীরা —হোয়নে, অদুগুম্বদু অম'নীদা তাকপিয়ুনে। করিনো পোথারিদি?

ফিশাবী—ইশ্নুপা মহা কোক্কা-কাক্কা তৌবা অমা লৈয়ে।

মীরা —নহা অঙাং ?

ফিশাবী—পাখঙ পুঙকক্অবা। য়ুমসিদা মপাগা পঙলাউদা লাউনবা পঙখত্তা খংনবা। মফম-মরাঙ ইখঙ খঙদনা ইশাউদ-শাউবা ইশঙদা শঙ্গংপা। মাদংদি নুমীৎ নুম্নিমুক ফারে হল্লক্কবা। খরা ঈংই ইমুংসে। বনসি চহিমুক করিমুক্তা—

মীরা —ইহে। অদু ওইরে। ইনেবু ঙসাইদি ইনেম কৌগনু ইচানুপা লৈতে হায়রমদাইনে ?

ফিশাবী—নাহায়গদি লেংবা চারিবা ব্রারদো মচা মরী নুরবদবো। নুপীমক্তনা হন্দক্কী মাগী থবক মফমগী অদুদা অমা থম্মে হাযবদুগদি অহুম নুবে। মতম লৈরি হেল্লকপগু যারি।

মীরা —ইহে।

ফিশাবী—অদুনা হায়বনি। নঙগু ইনেগী মহুত্তা ইনেম ওইগেরনে ইনেমদা ?

মীরা —(নোকপা) য়াজরে নুংঙাইজরে। মতম লৈবিঙেসিদা ঐগু য়োজরগে; য়োজহৌরগে।

ফিশাবী—অদু ইনেবু থিন্দোকখোরা ?

মীরা —এ, করি রানো। য়োজরে।

ফিশাবী—ফরেনে, মতুংগী বনদা অমুক উন্নবাইদুনি য়োরো।

(কোন শাবগী মখোল ; মরক্কী যন্ত্র)

(ফনা কুইনা উন-রাইমুক চিকপা। তপ্না তপ্না অমুক ওইরকপগী মগুং য়েন খোংবা, গোবিন্দগী কাংশি মখোলগুবা)

মীরা —অবোক, অবোক। কদায় চৎপ্রজাৎনানে কৈথেন থোকপ্রজাৎলনে অসুক ওয়া। চাজমলা কৈনো অমত্তং থকঅদি থরসু শাগৎকদোবা। ঐ-মা গারীসিসু মুংশিৎ তারেনা—

অথৌবা—(লাপ্পয়দগী চঙশিল্লকপা) ইচে, ইচে ঐদি ইচে প্রেস চৎলম্মদ্র হায়দনা; য়ুমসু ওয়না চঙুরে; অসোম মমাঙতোমদা।

মীরা —ও, ঐ খায় য়ুমসি চঙকম থরা ফরক তাবনি। কাথৎলকউ ফম্মরাউ।

অথৌবা—হ। ঐ ফম্মরোই। ওরাং মুংদাংরাই ইচে লাকঅম্মী ঐখোয়বু থিরম্মী হায়। ঐখোয়দি চাং ময়াদা কৈথেল মচা অমা থুগাইবা চৎলুবদগী রানরদনা পোথানরবা।

মীরা —হোয়নে অতুমায়না হায়বতুদা ঐ উয়রমদ্রবা। ঐ চঙদি চঙকঅম্মি নখোয়গী কা অরোনবনি হায়বতুদা।

অথৌবা—ও। লাকঅম্মি হায়রে। ঐখোয়দি পোথারবা।

মীরা —নহোয়না পোথাহৌরিতুবু ইবুংঙো কৈবা য়াও মুংবা য়াও, থাং মপান্দা মোন থাঙবা য়াও; মনমনা কোক তাওদনা ঐ কুইনা লৈরমদরে।

অথৌবা—ময়ামতু কুইনগা রানরকঅবা অদৈ বন্দসু সকসেস ওইরবা অতুদদি পোথারসি হায়দনা পোথারবা। হৌজিকফাওবা থরদি পোথাবা লোইহৌদ্রি। মহোয় থেঙনা পোথাবা হৌবা কাওবুনি।

মীরা —ও। নহোয়গীসি ইবুংঙো অসুমায়না বরাবর তৌরা; পোথাব্রা হায়বা?

অথৌবা —য়ানয়দি অহুম পোথাই।

মীয়া —য়ানবদি বরাবর য়ানত্রা ?

অথৌবা—অহুম য়ানবা ঙাংনি। মহোয় থরদি য়ারস্থ য়াত্রস্থ ইপোংতা পোথানৈ।

মীয়া —নঙস্থ অহিংচুপ্পা পোথারুরগা লাকইবা ওইরিনিনে ?

অথৌবা—ঐবো। ঐবুদি ফরক তাই হায়দনা য়াওহন্দে, য়ুমদা লেকই অয়ুক ঙস্থা লাকপনি। ইচেবু চংথিরোইদ্রো। সে 'সি ময়াম্মা পীরকই।

মীয়া —করিনো ? করিগী চেনো ?

অথৌবা —বন্দ অসিগী রিপোর্টনে'য়ে।

মীয়া —ঐঙোন্দদি করিগী ?

অথৌবা—ইচেহোয়গী খবরদা হাপ্পবনে'য়ে। শেমদোক-শেমজীন করিমতা তৌত্রবস্থ অহুম নম্বা য়ানবা শেম্মবনে'য়ে। হাপ্পদি অমুক্তদা পুন্না হাপ্পিয়ু মচেৎ মচেৎ তৌবিনো'য়ে। অহুগা পৈশা অসিস্থ পীরকই (চে নোট ভিংথোকপগী মখোল)

মীয়া —( ঙক্লা ) পৈশাদি করিগী ?

অথৌবা—চথোক চংশিনগী করিগী ওইরমাল্লে।

মীয়া —হাই ! করি ঐ চথোক চংশিন তৌরিসিদি। পুখো লৌহৌদে য়ানি হায়য়ু ; পাইক্রো চেসিদি ঐ য়েংহৌগে।

( নকলপ্পা জীপ/কার অমা খাম্বগী মখোল )

অথৌবা—মী লাকমাল্লে ঐ চংলে ইচে।

মীয়া —হাই ইবুংঙো, মুপামচা ঙাইখোনে 'সি পায়খো, হাই—

( ভাম্নবা )

চৌকিদার—ইবেম্মা।

মীরা —আইমা খুরা চৌকিদার করিনো কদোমদৈনো তৌরকই-সিদি মঙ-হাদোনা।

চৌকিদার—অ—ঐখোয়' ওফিসারনা চংলুচো হায়দনা কোয়থী থিরকইনি। ফনা কুইরে। ঙনবত্থদা হংদোম্নু মী ইখেং খেংনদদনা—কৈনো অমুক অসিদা পৈশা অপাকপা অমা পায়দনা চেম্থোরকইবো। ইপা ওইরিনিনে হৌজিকীদো; ইবেম্মনা খাম্বা য়াদমথৈ পাই' চেনখ্রিদো।

মীরা —অ—অসি ইপাশিং অমনা—

চৌকিদার—হোয়নে। হৌজিককাল নহারোল লাকবসি রাথবনি। ঐগীদি অসিগুম্ব, মরী-মঙা লৈরিবনি, ইম্নু-ও ইচা-ও।

মীরা —খঙদে মওং অমা তৌনরে। করি—লেঙশিনসে চা মুং—

চৌকিদার—হ! খুরা চঙঙরোই। ঙরাংতু ইবেম্মা, ইবেম্মা লাকঅম্বগী রা ঐখোয়' ওফিসারদা তম্মে। মানা এ! অথুদি হায়দনা অহিংতুদা চে অমা ইরে। নোং-ঙাল্লমদায়দা থিরগা পীরুচো হায়দনা লাকইবনি। ওফিসতা ঙাইহৌরি। বন্দ লোইরবনিনা য়ুমদা হল্লনি হায়দনা তৌহৌরি। খুরা চংলগে; সে 'সি পায়-শিনবিহৌরো!

মীরা —করিনেগে?

চৌকিদার—খোইনা খঙদে পাউগুম্বা ওইরমাল্লে; হোরেল তপ্পা য়েংবিরম্নু য়াইদা হাথু-হাথুদ্রম্নু। খুরা য়ৌরে।

মীরা —ফরেনে ; চা-মুং—
(গারী ষ্টার্ট তৌবগী মথোল)

মীরা —ফনি। (চে ফাকপগী মথোল)
(গারী থোঁখিবা)

মীরা —(ওক্রা) হৈ-মা পৈশা য়াওরিনহৈ! খুরা হো খুরা—
খু-রা

রাধা —(চঙশিল্লকপা) কৈনো ইবেম্মা—মীরা নত্রো?

মীরা —আইমা ইচেম্মা রাধা, নগাম্দা ঐখোয় অবোক্না রারী শারম্বা। কদোমদৈনো তৌরকইসিদি লেঙশিনসি।

রাধা —কৈনো মরূপকী পৈশা খোম্মিরা কৈনো চে য়েপ্প-য়েপ্পদনা শেল মচিং-মচিং পায়রিছুবো। নহোয় লাইরিক-লাইসু হৈববু অমদা পরেং শানা খোংচিল্লগা লোইরে। তৌবদি অতুনহেক মুংঙাইবনি। অমমমগী অলগ-অলগ হেক চৌহোবা। মতুনা মশোয়ত্রবনি। ইচেমু অতুমাইনা তৌই।

মীরা —মরূপকী নত্তে ইচেম্মা লেঙশিনবিয়ু ঐ মুবা লৌথোরক্কে।

রাধা —য়ারে য়ারে। ইচেমু ঙরাং তাবা চৎপা য়াদদনা পীহৌত্রবা মরূপকী শেল থিল্লুদৌবা লৈরি। ইচে কম্মরোই। নবোকতুম কৌথোরকউ।

মীরা —ঐখোয় অবোকতি লৈতেয়ে। ঐসু থিরম্মীবনি। কৈথেল গা থোকথ্রজাংলা হায়দনা।

রাধা —লাকত্রিবনে? ঐথোয়দা লাকঅমনি চংখিবা ফনা কুইরে। ফনা কুইনা ভাইরম্বনি। ঐসু ইরু-মায়থদ্রদি অম্বারী পায়নীংদ্রদনা ভাইহাক ভাইবিরো হায়বনে। ঐনা থোরকপদা লৈরমদ্রে। নুংভাইত্রদনা লপ্লেলসু থোকই হায়দনা থিল্লকপা।

মীরা —করিনো ইচেম্মা?

রাধা —ঐদি নহাম্না হায়বনি চরাইমতোনদু য়ামল্লি পত্তনা লোইরনি হায়দনা। কোবী মনাত্তসু খায়বোক হেন্না লোবা য়াদরে হায়রম্মী। ফদিগোমদি খিত্তং য়াখিদ্র কৈনো হায়দনা পল্লম্মী। কদোমদমুক ফৈদোকপ্র-জাৎনো?

মীরা —থঙদে ইচেম্মা কৈথেল্লোমদকা — ?

রাধা —হ! কৈথেনদি থোকঅমখিরোই। পোৎ তীকউনবা শেল লৈতে খিত্তা থংড়ু; মহাজোনদদি হান্নগী লোইদ-বনিনা হায়নীংদ্রে; পীবকঅসু হান্নগী মথোই-মরেপ ককহৌরগা মশীংদমক য়াম্না পীরকঅনি হায়রম্বনিনে। অদু ইচেবু মথং মথং থরা চৎকদবসু লৈ নভোন্দা থমম্ম-সিরা ইবেম্মা?

মীরা —(ভাইহাক তুমিন লৈরুরগা মথরায় নুংভাইতনা) অবোকী লল্লোন শেন্নিনে ইচেম্মা? পুগে হায়রম্মিবা?

রাধা —পুবগী ভাকসু নত্তেদা হয়েং ঙম্বা কান্দা শিংঙসু য়াইদা। ঐদি মথোই-মরাংগী রা হায়দবনি; নবোরুদ সুম

হঙ্গোইজদনা হাপকে পীনি হায়রম্বনি। কমদৌসিগে ইন্দোম্মুবু ঙাইখিসিরা নত্রগা—

মীরা —ইচেম্মা, অবোকনা পৈশা কয়াম হায়রম্মী ?

রাধা —য়ামদেদা লুপা চামমুক্তনি ; থামুক্তনি হায়বনি।

মীরা —ইচেম্মা স্নুমদৌবিরো ঙাইবস্থু ফরক তারনি, ইচেম্মগী অমা-অমা চৎকদবা লৈবনিনা। অদগী পুবগী শেল থিনবসি তৌহৈদে হায়নৈ।

রাধা —হে-রা অদুগীবু— ।

মীরা —হ! ইচে'মহোয়গীদি কৈস্থু কায়দবা ঐখোয়না শিংবা রাজগদবা।

রাধা —কৈনোনে শিংবা শিংদবা— ?

মীরা —হ! শিংদবা হৌনদে পূরগা। স্নুমদৌবিরো, ঐ অবোক অমুক থাজরকঅগে। অদুগা ইচেম্মা অবোক্লা হায়রম্বা চাম্মদো মদুগী মথক্তা ঐনা চামম্নী অমগা পুজরগে ঙসিদগী থা অমা হেক ফাবদা শিংজরগে।

রাধা —নঙগীদি করিগী ?

মীরা —স্নুমদৌবা তারবা। অয়ুক্লা মুংদাংরাইসিংনা অঙাং খরা লাইরিক তম্বিরবা, অদুগা মুংথিলগা মুংদাংগসিনা ফি শারবা ; ঐখোয় অবোক্লা কৈথেন থোক্রবা, লংচাক চাকঅবা— ।

রাধা —অদুদি ইনাওসিদি রোতোননিনে রোতোন। নঙনবু তম্বীরদি ইচেহোয় অদ্বাইদা অঙাং ওস্থোক' য়াম্না লৈথ্র-জাৎনি প্রাইবেৎকী ওজা থিনরিবা ; থারকে, এ, য়াম লৈ ; ঐগী হেক ইমুংদা ইনাওমুপাগী মচা মরীনি, ওজা অফবা থিবা কুইরে ; থারকঅগে।

মীরা —থাবিরকউ। ফব-ফত্তবগীদি খঙদ্রে তমদি তম্বীরগে।

রাধা —তম্বীরদবু ফত্তে হায়ব্রো। অঙাং তম্বীববু ঙমদবা হৌনব্রো তম্বীদবসি ওইরে ফত্তে, ওজা ফত্তে হায়নরিবসে। তম্বীয়ু। অদু হোরেনদগী থারকঅগে। মমানা মরাইনা থিনজরক্কনি। নঙগী শেল হায়দুসু ইনাওমুপীদুদা পীরকঅগে হৌজিক্কি চামঙাদো সুফাব্রে। অদুগা নঙগী চামঙাদুনবু কৈদৌনদৌবিনো লীশীংমুক—অমা নত্তেদা অনী অহুম মফম খঙনা লৌশিল্লোনে, ইনাওমুপীদুদসু ঐ হায়গে মতৈ-মনাও অনীমক থবক মচা অমমম তৌরি মচাবু লাক্লবিগে হায়রদি য়ানি, এ, হরাওথ্রদৌজাৎনি।

মীরা —ইচেম্মা হৌজিক্কীদি চামঙাদুনদা শীক্লখিগে। থবকনা মওং তারকঅকান্দা অমুক হায়জরকে।

রাধা —কৈনে কৈনে নঙনা সুম কৈ হায়দু তৌরোনে। অদুগা অঙাংশিংদি হোরেনদগী— ?

মীরা —হোরেনমকসু থুমনথ্রে। হয়েং অসি সুমীৎসু কৈ ; অমুক শোয়দনা থিলহনবিরকও।

রাধা —ফরেনে। অদ ভাইখো মীরা, নওবু কৈনো কদায়দনো থবক অমা হঙ্গংহন্দা চংলি হায়গুম ভৌছদি, নবোকনা ?

মীরা —মতু ইচেম্মা ভসিদগী ভোকএ।

রাধা —বন্দ লোইরকপসিদা ?

মীরা —লৈবাক্কী বন্দ লোইরকপদা ঐগী বন্দ হৌজরগদবা।

রাধা —হাই কৈথেনকাদি য়াওরোইকো !

মীরা —(নোকপা) কনা অমফাওবা য়াওরোই ; ঐগীদনি।

রাধা —লনাই-বন্দদা তারেনে অদুদি ! (অনী খক্কিক নোকমিন্নবা)

## ( মরক্কী যন্ত্র )

( কৈথেলগুম্বগী মীনিল। প্রেসতা মেচীন থোবগী মখোল ; অহানবদা হৌনা তারম্বদগী অসুম অসুম তমথরকপা )

সম্পাদক—( কোলিং বেল খিংলবা মতুংদা ভাইহাক লৈরগা ) বহাত্তুর সে অসি কম্পোজিটর মুপী অনীত্তুদা পীয়ু। অ—অদগী য়েংভোই, পুলিশলোমদগী প্রেস নোট অমা ঐনা এসিষ্টেন্ট ইডিটরদা মণিপুরীদা হন্দোকউ হায়দনা পীরম্বনি ; লোইরদি পুরকউ। অদুগনে রিপোর্টর অতৈ লাকঅদি খুদক্তা থাজিল্লকউ। চা অনীদংগা হাওনা শেম্মকউ ররে ; নচে অসিস্তু ররমাল্লে ; চো। ( ভাইহাক লেপ্লগা ) অঁ ইবেম্মা মীরা কৈদোরবা ? থবক্তি হৌবা হৌরকপদা মভাইরি তোকঅগে হায়বদি কৈদোরবা ?

মীরা —মাইঙো ; ঐ পাম্মক্রবা।

সম্পাদক—অদুবু কয়ি তৌবগীনো হায়রিবা ? নঙবু নহান-নহান ফাওবদি য়াম্না পাম্না হৈনীংনা তৌরমদাইনে। হৈনদ্রবো ? মুপীদদি নঙনা অহানবনি ; ঙাংবা শকপম্সু অদুম নীংথিনা হৈ ; মখল মখলগী মী থেংনবা ঙম্মগনি ফয়ে হায়দনা খল্লুবনি। নঙগীসিবু মীরা পৈশা-মুংশা জোম-জোম ফংদবদুদা—অদুগীদি কুইরকঅগা—

মীরা —অদুগী নত্তে মাইঙো।

সম্পাদক —লৈশাবীগা ওইবদুদা পাউ খোম্বা ঙমদবগীরো ? অদুসু অফংবা, অঙম্বা খরা খরা পুরকঅগা লোইয়ে। ইবা-লাকপা পাউ তম্বসু নঙ য়াগদবা মীনি।

মীরা —পাউসু অদুম, মীনা খোম্নরিবদুদগী তাদনা, খোম্বা অদুম ঙম্মী। মফমনা মতমনা অপনবা পীবা ঙম্মোই।

সম্পাদক —মদুনি রিপোর্টর অমগী চপ চাবা গুণ হায়বু। অদু' কৈদৌরবা ?

মীরা —চুম্না সুম লাইরিক তম্বীরগা ইমুংগী থবক ইথ্যাং তৌদনা, অবোক অহল অমা লৈরিসিগা পোথাহনবনা ফগদো-মাল্লে খল্লবা।

সম্পাদক—এ, থবক ফংঙে হায়'রানিদনা। অদুদি মখাসু মথং মথং প্রাইবেৎ ওইনা থাদোক্লবা তৌবা য়ারেদনা—পরীক্ষাদো।

মীরা —মথং মথং থাগেসু খঞ্জরি। থবক ফংবদি নত্তে।

সম্পাদক—নঙবু ওজা ওইরনি হায়দায়নে হৌজিক্তা। ( চা পুরকপগী কপ-প্লেট মখোল ) চা পায়য়ু।

মীরা —( বহাদুররোমদা ভাংবা ) আ—বহাদুর। সে চিঠি অনীসে ওসি অমুক্তা য়ৌহনবিয়ু। অমনা ওফিস অমদনি, ওফিসারদা; অমনা মুপামচা নহারোল অমদনি এড্রেস অদুম থারবনি। মশা-মশাদা পীবিয়ুকো।

সম্পাদক—কৈনো সনা-লুপাকা য়াম্না য়াওব্র কৈনো চাজুম-কা য়াম নম্মীসিবো ?

মীরা —য়াম' য়াওগুম জাৎনি/মহোয় মশা মশাগী পামজবা পোৎসু য়াওরি।

সম্পাদক—য়ারে বহাদুর নচেগীদু হান্না হেক থিল্লুরো। অদুগা কোক হেক হল্লকউ কোয়থোরকনু থবক য়াম লৈ। চো। ( চৎখিবগী মখোল )

মীরা —অদুদি মাইঙো ঐসু অমুক য়ৌনবা—।

সম্পাদক—ফরেনে অদুদি; তোকঅগে তৌররোই মহায়রবনিনা উপাই লৈতেনে। তৌররোইদবগী মরমদি অদুম হায়রমদ্রেনে ?

মীরা —মরম থোইনা লৈবা নত্তে মাইঙো, মচা অমথক্তি—।

সম্পাদক—তাসিনে অদো।

মীরা —পাউসি ঐনা অশেংবা পীবা ঙম্মরোইদবা।

সম্পাদক— ফংদ্রবনা ?

মীরা —নত্তে ফংমন্দনা।

সম্পাদক—অদ তারেনে। ইহে নঙগী কেমেরা অতুদি—?

মীরা —ইচে মেনেজরদা থনম্মে। মনুংগী রোলতুদি ঐনা অমা লনাইগী অমদা শীজিন্নরুদনা লৌথোকহৌরে। কোন্না অমুক—।

সম্পাদক—ফরে ফরে; য়ারে অতুম শীজিন্নরো।

মীরা —অতুদি, ঐ য়ৌজরে মাইঙো।

সম্পাদক—ফরে ফরে; মঙ্গল ওইয়ু।

( অরোইবগী যন্ত্র )

এলাংবম দীনমণিগী ফোঙলবা লাইরিক

ৱারীমচা :— থক্লবী (১৯৭০)

— মোরাম্বী অঙাওবী (১৯৭৪)

— তিংখংলৈ (১৯৭৭)

— পিষ্টোল অমা কুন্দালৈ অমা (১৯৮১)

— ইমৈসুনি তৌরাসুনি হঙ হঙ (১৯৮৩)

— মন্ত্র জন্ত্র তন্ত্র (১৯৮৬)

— লাইরেল মরীম্বোং (১৯৯১)

নৈনবা :— মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাহিত্যকার ('৬৬)

— খ্বাইরাকপম চাউবা (১৯৭২)

— ডাঃ কমল (১৯৭৬)

— ডাঃ কমল পুন্সি অমসুং সাহিত্য (১৯৮২)

— অঙাংহলঃ সাহিত্য সমাজ অমদি সংস্কৃতি (১৯৯২)

শৈরেং :— চোইজাইনরবা (১৯৭২)

— লুপ্লিবদি (১৯৮৭)

হন্দোকপাঃ— ত্যাগ পত্র (উপন্যাস, ১৯৭০)

— অমম্বা যুগ (লীলা, ১৯৮৫)

— হয়রদন (লীলা, ১৯৯২)

— ঈঙাগী নোংমা (লীলা, ১৯৯৩)

— নাগমণ্ডল (লীলা, ১৯৯৪)

ফম্বাক লীলা :— খোঙসনা (১৯৯৪)

— কাপখায়রমদাই (১৯৯৪)

খোঞ্জেল লীলা:— ১। তরঙ খোঙনাং চাউথোইবা (১৯৯৩) অমদি

(রেডিও প্লে) — ২। বন্দ কৈথেল (১৯৯৫)—অদোমগী খূত্তা লৈরে